# মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীত

( মৈতৈ পুংলোন লাইহ্রিক )

স্বর্গীয় শ্রীথোকচোম মনাউ সিংহ



[illegible] নর্তনালয়, ইম্ফাল।

# মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীত

লাইরিক লেংবা—

স্বর্গীয় শ্রীথোকচোম মনাও সিংহ



শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়

ইম্ফাল।

অহানবা থোকবা
ফেব্রুয়ারী ১৯৬৮।

কপী মশিং—১০০০

ফোঙজবা—
শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়
ইম্ফাল, মণিপুর।

মমল Rs. 5/-
মথুম



নম্ফম—
বীণা প্রিণ্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।



# মণিপুরেশ্বর শ্রীগোবিন্দায় নমঃ

## মুখ বন্দন

শ্রীলশ্রীপঞ্চযুক্ত শ্রীশ্রীমদ্রাধা গোবিন্দবু কোটি দণ্ডবৎ সহস্র প্রণাম্ তৌদুনা খুরুমজদুনা অমসুং শ্রীগোবিন্দগী সম্প্রদায় ওইরিবা ওঝাশিংগী শ্রীচরন্দা ননাই ঐনা খুরুমজদুনা পুংগী হৌনবা বিচার ওইনা লাইরিক মচাসি লেংহৈ। মাসি লেংজরিবা মরমদি শ্রী.গাবিন্দনা শ্রীযুক্ত ৺ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপনদ তাকপীরম্বা অদুদগী চৌনা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ স্না হাক্কক ফাওবদুগী মনুংদা ওঝাশিংনা তৌখিবা বিচারনচিংবা খিবিকপু ঐগী ওঝা ইবুঙো স্না ম্নাইস্কুল লাকপগী কৃপাদগী মূর্খ ওইরবা ননাই ঐগী মাকোংদা থর থর তাজহৌবা মরম পুম্নমক অদুবু মূর্খ ওইরবা ঐগী পুকচেল অসিনা মুংহ্রগত্রা হায়না খঙ্গরুদুনা লেংজরিবনি। অরাম অচুম খঙদুনা লেংজবা নত্তে। ওঝাসিংনা লোখংপিগে লোখংপিরোইদি ওঝাশিংগী কৃপানি। লাইরিক অসিদদি ঐগী কাউদনবা তৌজবা লাইরিকনি।

বিণীত প্রকাশক

শকাব্দ ১৮৪১ শ্রীখোকচোম মনাও সিংহ

# রাহৈ অমা-নিদং

শ্রীশ্রীগোবিন্দগী নর্ত্তনালয়, মণিপুরী জগোইগী বিদ্যালয় অমনি। বিদ্যালয় অসিনা মণিপুরগী জগোই তম্বিবত্ত মত্তুমা নৃত্য-কলাগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া ফোঙদুনা ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা কলা অসিগী হৌকিক ফাওবদা সেবা তৌরক্লি।

মৈতৈ জগোই পার্টি ১ অমসুং ২, "শ্রীগোবিন্দ সঙ্গীত লীলা বিলাস" কৌবা লাইরিক হন্থম হনা ফোঙখ্রে। কুমশি চহীদা "মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীত" অমসুং "শ্রীকৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ" কৌবা লাইরিক অসি ফোঙদোকচরি।

"মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীত" কৌবা লাইরিক অসি শকাব্দ ১৮৪১ দা ওসিদগী চহী ৫০ মুক্কী মমাঙদা স্বর্গীয় শ্রীথোকচোম মনাও সিংহ কৌবা মৈতৈ পুংগী অফাওবা ওঝা অমনা ইদুনা থম্বিরম্বনি। লাইরিক অসি শ্রীথোকচোম কুলবিধু সিংহনা "ঐহাক্না ইপুবোক্না ইদুনা থম্মীরম্বা লাইরিক্নি। মসি নর্ত্তনালয়বা ফোঙদোকপদা লাকপা আপত্তি পুম্নমক ঐহাক্কী দায়ী ওইগনি।" হায়বদগী শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়না মসি ফোঙদোক্নবা থৌরাং তৌবা হৌথি। ছাপা তৌদুনা পুথোকপমক মক্রবসু মৈতৈ পুংগী মরমদা কয়িগুম্বা ক্রম অমা নাইনা নিংথিনা ইদুনা থনম্বা ফনা লিয়বা লাইরিক অমনি হায়বদা থোইনা হায়মমবা থোক্লোই। মৈতৈ পুংলোনগী মরমদা ইবা লাইরিক থরদি চহী অমা অনিসিগী মনুংদা পুথোক্নরকপা উবে অদুবু স্বর্গীয় থোকচোম মনাওগী অসিগুম্না লীরবা লাইরিক্তি উত্রি। লেখক অসিনা মৈতৈ পুংগী পরম্পরা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না থাক্কুক ফাওবগী মনুংদা

ওইখিবা মৈতৈ পুংগী ক্রম বিকাস অমদি গুরু প্রণালিকামচিংবা য়াম্না চঙখোম্না ইরি। ওঝা অসিনা মৈতৈ পুংগী ইচাম চানবা গুরুদি শ্রীগোবিন্দনি হায়না লৌরি মথংদা শ্রীগোবিন্দমক্না মগুদা তাকপীরম্লবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রর মৈতৈ পুংগী অনিশুবা ওঝানি হায়না লৌরি। মরম অসিনা শিক্ষা গুরু শ্রীগোবিন্দ চরণারবিন্দেভ্যঃ নমঃ॥ তদনুগত শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ॥ অস্তুম্না ইরি।

মতৌ অস্তুম্না মৈতৈগী নিংথৌরোল ৬ কী শাংলবা মতম অসিদা করম্বা মতমদা ওঝা কনানা করম্বা পুংলোন পুথোকখি। করি করি থোকখি অসিনচিংবা থোদোক কয়াগী বারী মতেক কয়ামা মৈতৈ পুংগী পরম্পরা অসি য়াম্না নিংথিনা ইরি। মণিপুরদা মৈতৈ পুংগী শাস্ত্র অসি হিন্দু ধর্মগী ইহোগা লোইননা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা লাকখিরবনি। মপানগী প্রভাবনা ওইখিবা অসিগুম্বা পুংলোনগী শাস্ত্র অসি মপানগা মান্নদবা ঐখোয় মৈতৈগী ওইবা তোপতোপ্পা গুণ অমা লৈ। ঐখোয়না ভারতকী মফম অতৈদা মৈতৈ পুংগী মগুং-মরীল মান্নবা পুংগী মগুং কয় উই অদুবু মদু য়ৈনগী মগুংদা থেম্নে। থোকদোক্না মৈতৈগী পুং চোলোম (চলন) হায়রিবা অসি ভারতকী মফম অতৈদা লৈতবগুম্না তৌই। মৈতৈগী পুংয়ৈবশিংগী পুং চোলোম অসি উ দা ভারতদা মতুনা এশিয়া, ইয়ুরোপ অমসুং আমেরিকামচিংব অয়াম্বা মফমগী মীশিংনা য়াম্না ওক্না থোক্লি। হৌজিক কান্দা ষ্টেজদা উংলিবা মৈতৈ পুংগী চোলোম অসি অয়েংবা মী পুম্নমকী থম্মোই গুন্দরমা থক তোক্কে।

মসিদা শুপ্পগী পুংলোনদ নত্তনা খোঙগী খোঙচৎ, হকচাংগী শাথেক অমসুং খুৎথেক কয়ানা ফজরবা জগোই ওইহল্লি। মরম অসিনা মৈতৈ পুং অসি প্রাচীন কলাদগী পরম্পরা অমা কায়দনা ঐখোয়গী ওইনা তোপতোপ্পা লৈরি। মসি পাঙ্গৈশেংবা শাস্ত্রীয়নি।

ঙসিদগী চহি ৫০ মুক্তী মমাঙদা অসিগুম্বা লাইরিক অমা লেংদুনা পাণ্ডুলিপি ওইনা থাম্বরম্বা স্বর্গীয় শ্রীথোকচোম মনাও সিংহবু মৈতৈ পুংগী কলা অসিবু নুংশিরিবা মী পুন্নমক্না মতম কুইনা নিংশিংনিংঙাইনি। মতাং অসিদা ঐখোয়না গ্রন্থকার অসিগী শিষ্য স্বর্গীয় শ্রীঅঙাংহল সিংহবু কাউক্নম থোক্লে মরমদি লাইরিক অসিগী মথুমগা তাইনবা লামাইদা ইরম্বা অদুবু উরগা লাইরিক অসিগী মচাক পুন্নমক ওঝা শ্রীমনাওনা তায়রগা মাগী শিষ্য শ্রীঅঙাংহল সিংহনা ওঝাগী যাথং মতুংইন্না মখুংমক্না ইবগী মওং ওইনা লৈরম্মি। অরোইবদা স্বর্গীয় ওঝা অনি অসিবু লাইরিক অসি ফোঙদোকচরিবা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী নর্ত্তনালয়গী মাইকৈদগী লম্মন তোনবা উৎচরি।

লাইরিক অসিদা লৈরম্বা পুন্নমক বানানগী শরুক থম্মা নত্তনা অতৈদি কায়দনা অম্তম থনজরে। কৰিগুম্বা অশোয়-অঙাম য়াওনা পুম্বা লৈবাক্কী অতৈ-অশিং ওইবা ওঝাশিংনা তাকপীরকপা তারগা মতুংগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি।

নীলবীর শাস্ত্রী

তাং ৩।২।৬৮ ইং সেক্রেটরী,

শ্রীপঞ্চমী শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়।

# সূচীপত্র


| বিষয় | | | | পৃষ্ঠ |
|---|---|---|---|---|
| ১। | পুংগী হৌরকফম | ... | ... | ১ |
| ২। | রাগ অচৌবা (মূল) | ... | ... | ২ |
| ৩। | রাগ হৌবগী মরোল | ... | ... | ৩ |
| ৪। | "  " ছন্দ | ... | ... | ৫ |
| ৫। | "  " লক্ষণ | ... | ... | ৭ |
| ৬। | নদিয়াগী মরম | ... | ... | ৮ |
| ৭। | রামায়ণগী মরম | ... | ... | ১০ |
| ৮। | নলিণী ... | ... | ... | ১০ |
| ৯। | বাকাঁ অহৌবা | ... | ... | ১১ |
| ১০। | পদ্ম-পুরাণ | ... | ... | ১১ |
| ১১। | দুতুলা ... | ... | ... | ১২ |
| ১২। | নদিয়া চম্পূ | ... | ... | ১২ |
| ১৩। | অহৌবগী অশুপ্পা বিচার | ... | ... | ১৩ |
| ১৪। | " হৌরকক্ষম | ... | ... | ১৪ |
| ১৫। | কার্ত্তিক সঙ্কার | ... | ... | ১৫ |
| ১৬। | নিত্যাহ সঙ্কার | ... | ... | ১৬ |
| ১৭। | পাপমোচন সঙ্কার | ... | ... | ১৬ |
| ১৮। | বৈঠা সঙ্কার | ... | ... | ১৭ |
| ১৯। | সঙ্কারগী হৌরকক্ষম | ... | ... | ১৮ |

বিষয় পৃষ্ঠ

২০। পঞ্চম সঞ্চার ... ... ১৮
২১। সঞ্চারগী অনুপ্রা বিচার ... ... ১৯
২২। তিন্দাল ... ... ২০
২৩। " মিলান ... ... ২১
২৪। " অচোবা ... ... ২২
২৫। দশ কোশী .. .... ২২
২৬। চারিতাল মচা ... ... ২৩
২৭। মেনগী ... ... ২৪
২৮। মেন ১২ গী বারী ... ... ২৪
২৯। " ছন্দ ... ... ২৭
৩০। ঈশৈগা মেনগা কোম্নবা ... ... ২৮
৩১। মেন ৬৪ ... ... ২৯
৩২। তাশচপ ... ... ২৯
৩৩। মেনকুপ ... ... ৩০
৩৪। মেন তানচপ ... ... ৩২
৩৫। ঈশৈগী তালগী মতু ইন্না পূং য়েবা ... ৩৩
৩৬। ঈশৈগী ছন্দগী মতুং ইনবা .... ৩৩
৩৭। তালগী মতুং ইনবা ... ... ৩৪
৩৮। শাপ পূংলোন ... ... ৩৭
৩৯। মাত্রা তালগী বিচার ... ... ৪১
৪০। এক তাল .... ... ৪২
৪১। দুই তাল ... ... ৪৩

| বিষয় | | | | পৃষ্ঠ |
|---|---|---|---|---|
| ৪২। | তিন্দাল | ... | .... | ৪৩ |
| ৪৩। | " অচৌবা অমস্তুং মিলাম | | ... | ৪৩ |
| ৪৪। | " মচা | ... | ... | ৪৪ |
| ৪৫। | " মেল | ... | .... | ৪৪ |
| ৪৬। | চারিতাল | ... | ... | ৪৪ |
| ৪৭। | পঞ্চম তাল | .... | .... | ৪৫ |
| ৪৮। | " সওবারী | .... | ... | ৪৬ |
| ৪৯। | বীর পঞ্চ তাল | ... | ... | ৪৬ |
| ৫০। | ব্রহ্ম তাল | ... | ... | ৪৭ |
| ৫১। | রুদ্র তাল | ... | ... | ৪৭ |
| ৫২। | ব্রহ্মযোগ তাল | ... | ... | ৪৯ |
| ৫৩। | লক্ষ্মী তাল | ... | ... | ৪৯ |
| ৫৪। | কোকিল প্রিয় তাল | ... | ... | ৫০ |
| ৫৫। | ষোল তাল | ... | ... | ৫১ |
| ৫৬। | রূপক তাল | ... | ... | ৫১ |
| ৫৭। | যতি তাল | ... | ... | ৫২ |
| ৫৮। | দশকোশী তাল | ... | ... | ৫২ |
| ৫৯। | চৌতাল | ... | ... | ৫৩ |
| ৬০। | জলধিমান | ... | ... | ৫৪ |
| ৬১। | বীর বিক্রম | .... | .... | ৫৪ |
| ৬২। | রূপক কাটা | ... | ... | ৫৫ |
| ৬৩। | যতি কাটা | .... | ... | ৫৫ |

| বিষয় | | | | পৃষ্ঠা |
|---|---|---|---|---|
| ৬৪। | কাটাগী লক্ষণ | ... | .. | ৫৬ |
| ৬৫। | চারিতাল কাটা | ... | ... | ৫৭ |
| ৬৬। | তালগী কাটা | ... | ... | ৫৭ |
| ৬৭। | পুংলোনগী কাটা | ... | ... | ৫৭ |
| ৬৮। | ঘোর তিন্নবা তাল | ... | ... | ৫৮ |
| ৬৯। | পুংগী চৈথৈ | ... | ... | ৫৮ |
| ৭০। | চোলোমগী বিচার | ... | ... | ৫৮ |
| ৭ । | ঈশৈ পুংলোনগী ছন্দ | ... | ... | ৬০ |
| ৭১। | ছন্দগা ঈশৈগা পুংলোনগা কোন্নবা | | | ৬২ |
| ৭৩ | তর্ক সংসোধন | ... | ... | ৬৫ |
| ৭৪। | শ্রীশ্রীশিক্ষা গুরু প্রণালিকা | | ... | ৬৭ |
| ৭৫। | রাসকী রাগ অচৌবা | ... | ... | ৭০ |
| ৭৬। | ঋতু সঞ্চার | ... | ... | ৭১ |
| ৭৭। | ধোপ পালা | ... | ... | ৭২ |

# মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীত

( প্রথম-প্রকাশ )

গণেশ বন্দনা

ওঁ একদন্তং মহাকায়ং লম্বোদরং গজাননং।
বিঘ্ননাশ করং দেবং হেরম্বং প্রণমাম্যহং ॥

## গৌরাবতার

অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ,
সমর্পায়তুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্ব সন্দীপিতঃ
সদা হৃদয় কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ ॥

## পুংগী হৌরকফম

.শ্রীশ্রীশ্রীল শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ ইবুংঙোগী স্বপনদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ ইবুংঙোনা তাকপিরম্বা মতুংইন্না শ্রীমূর্ত্তি নিরূপণ তৌদুনা পুংগী ঈশৈগী মরম পুন্নমক হৌদোকখি অমসুং শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ ইবুংঙোনা তাকপিরম্বা পুংগী ঈশৈগী মরোল্দি মথাদা ইঙ্গরক্কে ॥

রাগ অচৌবা, ভঙ্গী পরেং, বৃন্দাবন পরেং, খুরুম্বা পরেং, মহাধুমেন মণ্ডা অসি—

শ্রীগোবিন্দনা শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপন্দা তাকপিরম্বনি। মসি নত্তবা অতৈনা কৃপা ওইনা পিনরমই। মাসি পিনরমইবা মরমদি ঃ— শ্রীগোবিন্দনা—ঐ মহারাস শাম্ননিংই অমসুং মণিপুরগী নুপী অঙাং পূম্নমক্না গোপী ওইদুনা ঐনা তাকলিবা পূংলোন ঈশৈ ময়াম অসি মহারাজনা তম্বিয়ু হায়দুনা অয়াম্বা বিবরণ পূম্নমক তাকপিদুনা মহারাজগী কণ্ঠদা শ্রীগোবিন্দনা লেঙশিন্দুনা লৈবিরে। অমসুং মহারাজনা শ্রীগোবিন্দবু স্মরণ তৌদুনা অয়াম্বা তাল পূম্নমক ঈশৈ পূম্নমক শেমগৎলকলে। অমসুং রাস অদুদা পূংয়েবদি কনানো হায়না থিরকপদা শ্রীওঝা প্রেমানন্দবু হঞ্জবা হাপতুনা পূং য়েহনখি। মাদুদগী হৌনা ওঝাশিংগী প্রণালিকা লেংবা হৌরকপনা, হৌজিক ফাওবা লৈরি। অমসুং শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপন্দা ওইবা থাংগেশেংবা রাগ অচৌবগী বিবরণদি মখাদা ইজরি।

## রাগ অচৌবা

**শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী স্বপন্দ ওইবা অশেংবা মূলরাগ—**

অনৌবা মরিনি অলঙ্কার হাপ্তবা॥ অদুগী মতুংদা গুরুঘাৎনি॥ অদুগী তুংদা ঈশৈ রাগ তানবা পূংলোন॥ অদুগী তুংদা ঈশৈ রাগ তারে রাগ পঞ্চম ফাওবা য়েরগা

খায়দোক্কনি। রাগ দীর্ঘ হায়রগনি॥ অমস্তুং দীর্ঘদগী ঘোর হঞ্জিনগনি॥ হেক হঞ্জিনবগা পূংলোনশু খায়দোক্কনি। মথাদা অহানবা সঞ্চার হায়রগনি।

ঈশৈনা (হ্রস্ব) পূংগী সঞ্চারশু ২শুবা।

ঈশৈনা (পঞ্চম) পূংগী সঞ্চারশু ৩শুবা।

ঈশৈনা (দীর্ঘ) পূংগী সঞ্চারশু ৪শুবা।

ঈশৈনা (হ্রস্ব) পূংগীনা বড়সঞ্চার তাগনি। মথাদা গৌরাঙ্গ অবতারগী ঈশৈ শক্তুনা পূংগী হৌনবী খরা য়ৈরগা কার্ত্তিক সঞ্চার তাগনি। ঈগৈ রাগস্ ঘোর হঞ্জিনগনি॥ মাসি ফাওবা অসি শ্রীগোবিন্দগী অশেঙবা মঙতাকনি॥ মাসিদগী ওঝাশিংনা লৌথোক্কুনা তোঙান তোঙান্না য়ৈনরি॥ মাসিদা লোম্লে॥

# রাগ অচৌবা হৌবগী মরোল

(১) তেন্ তেন্ তাত্বতাং॥ হায়বা অসিমা।

(২) তিৎ তিৎ তাত্ব তাং॥ হায়বা অসিমা।

(৩) থেৎ ধেং তেন্ তেন্ তাত্বতাং॥ হায়বা অসিমা।

(৪) গ্রগ্রঘিন্তু ঘিন॥ অন্বা মকোক অসিনা হৌবা অমা॥ মরি অসিতনি॥ অমস্তুং সঙ্কীর্ত্তণদি মথল মথা য়ামই। মাদুদি ঃ— নিংথোগী শ্রাদ্ধ অমস্তুং কীর্ত্তণ,

মৈতৈগী পূর্ণবয়সগী শ্রাদ্ধ, দীক্ষা তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, কর্ণবেধ তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, নুপীগী শ্রাদ্ধ, রাস, লুহোংবা, লুগুণ থাংবা, নাহুৎপা, লাইগী জীবন্যাস, সম্বৎসর, লীলা, অসিনচিংবা সঙ্কীর্ত্তণ ময়াম অসি য়ুম্মুগী বা তারগা মথক্কী মথল ৪ অসিনা শিন্নজুনা হৌগনি ॥ মাতুগী মরমদি মথাদা ইজরিঃ—

(১) নম্বর অসিনা নিংথৌগী শ্রাদ্ধ, নিংথৌগী কীর্ত্তণগী অধিবাস, নিংথৌগী সম্বৎসর, ব্রহ্মণদীক্ষা তৌরবদগী পূর্ণবয়স ফাওবাসদা মাসিমা হৌগনি লোইবদি কার্ত্তিক সঞ্চারদা লোইগনি ॥

(২) নম্বর অসিনা হৌগদবদি—যজ্ঞ তৌগদবগী অধিবাস পুম্মনক, শ্রদ্ধদিঃ— মৈতৈপূর্ণবয়সগী শ্রাদ্ধ,—নুপীমক ওইরবস্থ প্রণালিকা ফংলবগী শ্রাদ্ধ, রাস, সম্বৎসর, মাসিদা হৌগনি। লোইবদি বড়সঞ্চারদা লোইগনি ॥

(৩) নম্বর অসিদি—দীক্ষা তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ, কর্ণবেধ তৌদ্রিবগী শ্রাদ্ধ নুপীমচাস্থ নিপামচাস্থ, হায়রিবা বয়স অসিগী ব্রাহ্মণ, মাসিদা হৌগনি॥ অদু নৎত্রগা রাগ মচানস্থ হৌবা য়াই। হায়রিবা রাগ অচৌবা অসিগী লোইবদি বড়সঞ্চারদা লোইগনি ॥

(৪) নম্বর অসিদি—লুহোংবা, তুলসী হোংবা, পুত্রীহোংবা, মাসিদা হৌগনি। লোইবদি বড়সঞ্চারদা লোইগনি ॥

মাবু কর্ম্মগী মতুংইন্না হৌরুরিবদি মরম অসিননি ॥

(১) নং অসিনা অমুক গর্ভদা চণ্ডদনবনে ॥

(বৃন্দাবনবাস)

(২) নং অসিনা হরিগী চরন্দা ইন্‌শিনবিবনি ॥

(স্বর্গবাস)

(৩) নং অসিনা ঐগী অফবা ধর্ম্ম তানবদা মহৈ ফংনবনে ॥

(৪) নং অসিদি অমুক গর্ভদা চণ্ডনা পোক্লনবনে। অমস্তুং রাগ অচৌবগী লোইবনা বড়সঞ্চারদা লোইবা থোক্লবদি মথক্কী মরিশুবা সঞ্চারদু লোইরগা করতাল অমমম্ থাবা পূংলোনদু য়ৈগনি। মাদু তারমন্দ্রবদি বড় সঞ্চারদা লোইবা য়াদে। মরম অদুনা বুদ্ধি তপ্পা য়ৈ-গদবা ওই ॥

## রাগ অচৌবা হৌবগী ছন্দ অমস্তুং লক্ষণ

## ছন্দ

রাগ অচৌবগী চৈতন্যনিত্যাইগী মথা অহানবা অন্নবা অসিদি (ভ্রমর ছন্দ) না হৌগনি ॥ মরমদি পালা সম্প্রদায় পূর্ণমক্কী হকচাংদগী সিদ্ধ দেহবু নিরুপণ তৌবনে ॥ মাবু নিরুপণ তৌক্লরিবদি ঐখোয়গী পঞ্চভূতকী হকচাং

অসিনা সঙ্কীর্ত্তণ সেবা চঙবা য়াদবা মরম্না সিদ্ধদেহ পুথোক-ত্তুনা ভাবনা (পুক্লিংনা) নিরুপণ তৌগদবনি ।। অদুগী মথাদা অনৌবা ২, ৩, ৪শুবদগী গুরুঘাৎ ফাওবা অদুনা (মেঘছন্দ) লৈন্নুংদা খোংবা নোংগী ছন্দনা হৌগদবা ওই।। মরমদি—শ্রীরাধাগোবিন্দগী সেবা চঙডু হায়না আত্মানিবেদন তৌবনি ।। মরম অদুনা গুরুঘাৎ হেক য়ৌবদা মপান্দদি নুপীগী মশক ওইরম্লগা সঙ্কীর্ত্তণ মন্নুং চঙখ্রগা নিপা ওইনা শ্রীগৌড়চন্দ্রগী সেবাগী থৌরাং তৌখি ।। মরম অদুনা মেঘছন্দনা হৌগদবা ওই। অদুগী মথাদা খুরম্লগা হৌগৎপদা হায়রিবা পুংলোন অদুদি (ঝড়বৃষ্টি ছন্দনা) হৌগনি ।। মরমদি—মন্দির মার্জ্জননি। মথাগী ঈশৈ রাগগা কোম্নবা পুংলোন অদুনা সঞ্চার তারমদাই ফাওবা অদু (ভ্রমর ছন্দ) না হৌগনি। মরমদি—উচিখোইনা মি অসিববু মচেৎ মচেৎ চিকখাইরগা মহুম মন্নুংদা হাপচিল্লগ মখুল অদু মেনসিল্লগা মহুম মথক্তা তোংদুনা ই······ হায়না ঙংলগা মন্নুংদগী মি অশিবা অদু লেংঙকৃতুনা মচা ওল্লি।। অদুগী পান্দমগুম্না—সিদ্ধ দেহনা সখীগুম রূপ লৌদুনা হৌরিবা রাগনি। মরম অদুনা (ভ্রমর ছন্দ) না য়েদ্রেবদি শ্রীগৌড়চন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গ নিরুপণ তৌবদা অঙ্গভঙ্গ ওই ।। মথাগী সঞ্চার মরিদু অমসুং বড়সঞ্চার ফাওবা অদু (ইন্দ্রবজ্র ছন্দ) না

ঙৈগনি ।। মরমদিঃ—শ্রীগৌড়চন্দ্রগী শ্রীঅঙ্গগী কায়াৎন-চিংবা অমসুং বর্ণ হায়বা অসি নিরুপণ তৌবা মতমদা অশোনবা অনৌবা হাপ্পা হৌনদে। মচা-মগুদা চুরুংই। মরম অদুনা (ইন্দ্রবজ্র ছন্দনা) ঙৈগদবা ওই।। মথাগী মপূং অদুনা (মৃদুবায়ু ছন্দ) না ঙৈগনি।। মরমদি—শ্রীগৌড়চন্দ্রগী চরণারবিন্দদা প্রার্থনা তৌবনি। অমসুং উ অচৌবা মনা পূংবা অদুদা রি রি শিৎপা নুংশিৎনা হুম্বগী পান্দমগুম্না শ্রীগৌড়চন্দ্রদা সিদ্ধদেহনা প্রার্থনা তৌবনি।। কার্ত্তিক সঞ্চারনা (কন্যা ছন্দ) না ঙৈগনি। মরমদি শ্রীগৌড়চন্দ্রগী বেশভূষণনি। মরম অদুনা অনৌবা ফজবা ফিজেৎনা লৈতেংগদবা ওই।।

মাসি হায়বিরিবা ওঝাদি— শ্রীযুমনামগী ওঝা পুরেনগী য়াথংনি।।

## রাগ অচৌবা হৌবগী ফিরেপ অমসুং লক্ষণ

রাগ অচৌবা হৌবনচিংবা অহৌবা পুন্নমক মিৎ পাঙবসু য়াদে উইবসু য়াদে। মরমদি ভজন তৌগদবা লাই অদুগী মূর্ত্তিবু গুরুঘাৎ ফাওবা অদুগী মসুংদা নিরুপণ তৌগদবা ওই। (অমসুং মাসিদা ঙৈখ্রিবা পূংলোন অসিবু

রাগ অচৌবগী অমসুং পূংগী গুরুবন্দনা কৌই ৷৷) তৌগদবা ভজনদি—থরো অশংবনা মুমিৎ হেক তাবগা চন্দ্রদেবমু ওাইদুনা হেক শাৎপমু শাৎতনা চফু শানা লৈবা অদুগী শান্দম ওইনা প্রথমাবস্থাদা তৌগদবা ওই ৷৷ মাসিনা অদুম লোইবা ফাওবা তৌগদবা নত্তে। থা অদুনা খরা খরা রাংখৎলক্লগা শাৎলিবা থরো অদুমু মাগী মপা য়োরকপদা পুমশাৎ শাৎতোকপগী প্রমাণগুম্না খরা খরা পাওথোরকপা মিৎ অদুনা বড়সঞ্চার হেক লোইবদা ঐগী হান্নগী ফিবম তাগনি ৷৷ মাসুম তৌনা ভজন তৌগনি ৷৷ অমসুং গুরুঘাৎ মথাদগী হৌনা শ্রীঅঙ্গ নিরূপণ তৌরকপনা বড়সঞ্চার হেক লোইবদা নিরুপণ মপূং ফানা লোইরে ৷৷

অদুগী মথাদা য়ৈরিবা পূংলোন অদুনা প্রার্থনানি। কার্ত্তিক সঞ্চারনা বেশভূষন্নি। মরম অদুনা রাগ অচৌবগী মতুং কার্ত্তিক সঞ্চার য়ৈরগা রাগ অচোবা শকনৈ হায়রুবদি মরম অসিননি ৷৷

মাসি শ্রীয়ুম্নাম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি ৷৷

## নদিয়াগী মরম

[নদিয়াগী অনৗবা ওশুবসি—শ্রী ওইনাম ওঝা জোমান্দায়মা রাজমেনদা মপূং ওইনা য়ৈথি। অদুদা শ্রীম্না ওঝা

য়াইস্কুল লাকপনা হায়খি। নদিয়াগী অন্‌ৱাবু মেনদা ৱৈবা য়াই হায়ৱ্রা ? য়াদে। অসি হায়বদা শ্রীওইনামগী ওঝানা হায়। পূং হৈতবা কাংবুদি খণ্ডলোই অখণ্ডবনা খণ্ডগনি। হায়খি। মরম অদুনা অচৌবা পূম্নমক্কী অন্‌ৱা পূম্নমক মাগী মাগী চাবা তাঞ্জাদুগী মতুংইন্না ৱৈবা য়াবা ঙাক্তনি হায়না শ্রীয়ুমনামগী ওঝা পুরেন্না ঐগী ওঝা ইবুংঙো স্না য়াইস্কুল লাকপগীদগী নুমিদাং সঙ্গাইদা লেণ্ডথরকপদা মূর্খ ওইরবা ননাই ঐনা মৈরা থৌগল তৌজবদা তাকপিরম্বনি। অসিগী তুংদা অন্‌ৱা ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, শুবা অসিনা লোইখ্রবা অদুগী তুংদা ৱৈরিবা পূংলোন অদুগী মথা পূংলোন অদুদি রাগ অচৌবগী হ্রস্বদগী পঞ্চম ফাওবা অদুগী মনুংদা হাপ্পা য়াই। মাদুদি ঃ—তেন্ত তেন্ত তাং। হায়বা অসিনা ঈশৈ রাগ পঞ্চম্ ফাওবা হায়রমগনি। পঞ্চম্ হায়রিবা অদুনা হেক লোইবগা নদিয়াগী সঞ্চার অহানবা অদুনা করতাল হাইগনি। মমৈ খোপচিনবদি—(গ্রগ্র) ধেংঘিন্ত ঘিন্ন-ধেং ঘিন্ত ঘিন্নধেং ২ খুখুত্বখিং তাংখিংতাত্ব খিংতা ধিন্‌খুখুধিন্ খুখুধেন্তাধেং ; হায়না খোপচিনগনি। অদুগী মতুংদা ৱৈরিবা সঞ্চার ২, ৩, ৪, ৫, ৬ শুবা সঞ্চার মঙা অসি অমসুং মথক্তা হায়খ্রিবা অহানবা সঞ্চারদুসু ৱৈঠা সঞ্চার ওইবা য়াই।

মাসি শ্রীসিনাম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি ॥

ঈশৈ রাগদি মল্লার রাগনা হৌগনি ॥

## রামায়ণগী মরম

রামায়ণগী অনুরা মরিনদি—লোইখ্রবা অতুগী মতুংদা য়ৈরিবা পূংলোন অতুদি পূর্ব্বরাগ—( সোই বিরহিণী ) গী মনুংদা চন্‌বা য়াই পূর্ব্বরাগ অদৈদদি য়াদে। মখাগী রাগগা কোন্নবা য়ৈরিবা পুংলোন্‌দুদি ফাংনবগী অগৌবদস্থ চনবা য়াই অলঙ্কার অনিদুস্থ। অতুগী মখাদা য়ৈরিবা সঞ্চার মরিমক বৈঠাসঞ্চার ওইবা য়াই।

অতুগী মখাদা লৈরিবা পূংলোন ও মঙা অতুদি বড়ভু-স্নাংকী মেনকুপ্পা য়ৈগনি। মখা পূংলোন অতুদি পালা অহানবনা অকোনবদা পীরম্বা য়াই। ঈশৈ রাগদি—ধানসী রাগিনীনা শৌগনি।

মাসি শ্রীয়ুন্নাম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি।

## নলিণী রাগ

নলিণী রাগ অসিগী মপূংদা হাপ্‌লিবা পূংলোন অনিদু মেনকুপ্প হাপ্পা য়াই। অমসুং হায়রিবা সিগী অকোন্‌বা পূংলোন অতু মফম খুদিংদা অথায়বা ওইনা হাপ্পা য়াই।

অতুগী মখাদা লৈরিবা পূংলোন্ অতুনা ফাংনবগী অহৌবদা লোথোক্কুনা য়ৈবা য়াই। মসিগী রাগ মশক অমা লৈতে যথা তথানি। অমসুং মখাদা সঞ্চার অমা য়ৈরগা লোইগনি।

# বাঁকা অচৌবা

বাঁকাগী অনুৱা অহুম অতুদি চন্নফম লৈতে। গুরুঘাৎকী মথাগী মপুং অতুনা চন্নবদি বৈঠাদা ঈশৈরাগ হৌন হৌন ঝরী অচৌবগী করতাল হাইরক্লবদি মপুং অসিনা য়ৈগনি। অলঙ্কার অতুম। থাবদি পূংলোন অথাবা অতুনা অতুম মথাগনি। মথাগী সঞ্চার অনি অসিদি বৈঠাসঞ্চার ওইবা য়াই।

মাসি শ্রীয়ুমনাম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি।

# পদ্ম পুরাণ।

পদ্ম পুরাণগী অনৱা অহুম অতুদি চন্নফম লৈতে। গুরুঘাৎ মথাগী রাগগা কোন্নবা পুংলোন মপুং অতুদি রাগ অচৌবগী হৃস্বদগী পঞ্চম ফাওবদগী মনুংদা অলঙ্কার ওইনা চনবা য়াই অলঙ্কার অতুম। অগানবা সঞ্চার অতুদি বৈঠাসঞ্চার ওইবা য়াই। অতুগী মথাদা য়ৈরিবা মপুং অতুনা রাগ অচৌবগী পুংগী প্রার্থনাদা চনবা য়াই অলঙ্কার ২ দুগু। অতুগী মথা সঞ্চার অতুম বৈঠাসঞ্চার ওইবা য়াই।

মাসি শ্রীয়ুমনাম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি।

## দুতুলা

দুতুলাদি রাগ অচোবনা হৌগনি। অমস্তুং রাগ অচৌবগী ঈশৈ রাগ তাফমদা দুতুলাগী অন্‌বা লৈতে। অমস্তুং সঞ্চার অহানবদগী মরিশুবা ফাওবা অদু বিজয়গী ছয়গোষাক্রিদা পুংলোন ওইনা হাপ্পা য়াই। মাসিগী সঞ্চার অসিনা বৈঠা সঞ্চার ওইবা য়াদে। মমৈগী সঞ্চার অদুনা ফাংনবগী শৈশিন্দা হৌবা য়াই অমস্তুং দুতুলা ঘোরদি রাগ অচৌবগী ঘোরনা ওইগনি।

ঈশৈ রাগদি—যথা তথানি।

শ্রীয়ুমনাম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি।

## নদিয়া চম্পু।

নদিয়া চম্পু অসিদি অতৈদস্থ হৌবা য়াদে শৈশিন্দা হৌগনি। মাসিগী রাগ মশা কোন্নবা অমা লৈতে। মরমদি ঃ—

শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাকতক্তা শ্রীওবাগী চোংথাম ওঝানা পুঙোরকপদা মাসিগী কোন্নবা রাগ অমা পুথোকখিদে।

# অহৌবা পূম্নমক্কী অশুপ্পা বিচার

অহৌবা পূম্নমক অন্ৱাদি কয়া চম্নফম লৈতে। হায়খ্রিবা মথক্কী নদিয়াগী অন্ৱ অহুমশুবা অদুতবু থাইনা ওঝাশিংনা তৌনরম্বনা হায়রুবনি। সঞ্চার মখৈদি চম্নফম লৈবা ঙাক্তনি॥ অতুমবপু তালনা ছারা ওইরবদি কাম্নফম লৈতে। হায়রিবা সঞ্চার অাসশু সঞ্চারগী তাঞ্জা চারবদি বৈঠাসঞ্চার ওইবা য়াই। তানা তোঙানখ্রবদি ঈশৈ রাগগী তাঞ্জা য়েংনা বৈঠা সঞ্চার ওইগনি॥ ০ ॥

# অহৌবা পুম্নমক্কী হৌরকফম।

| অহৌবা ময়াম | নিংথৌরোল্। | পুথোকপা ওঝাশিং |
|---|---|---|
| রাগ অচৌবা | শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ | শ্রীওঝা গোবিন্দজিউ |
| রামায়ণ | শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ | শ্রীওঝা ঠাকুর শামাহিদং |
| নদিয়া | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীসিনাম ওঝা পুরেন |
| দুতুলা | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীযুম্নাম ওঝা পুরেন |
| নদিয়া চম্পু | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীবৈরাগী লৈংথাম ওঝা |
| নলিনী রাগ | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীযুম্নাম ওঝা পুরেন |
| চৈতন্য সম্প্রদা | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী | শ্রীহিন্দুস্থানী ওঝা (কিশোরদাস) |
| হরিনামামৃত | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| জগন্নাথ মঙ্গল | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীগৌরেশ্বর ওঝা |
| পদ্ম পুরাণ | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| বাঁকা | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| পদ্মরাগ | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| ঝাগরী | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| নাম অহৌবা | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| তেখাও অহৌ | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| ধোপ অহৌব | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীহিন্দুস্থানী ওঝা |
| তুরী | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| লীলা অহৌবা | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ | শ্রীঅথাম ওঝা পুরেন |
| যাত্রা অহৌবা | শ্রীশুরচন্দ্র মহারাজ | শ্রীসুর ওঝা চন্দ্রহাস |

মথক্তা হায়খিবা অচৌবা ময়াম অদু নত্তবা তালিকাদা হাপ্পদা হেল্লিবা অসিস্থ চৌনবী লৈবা ঙাকনি। অদুমদি ওইরগ মফম অসিদা হাপত্রিব অসিদি মথক্কী অচৌবগী অশুপ্পা বিচারদা শুপ্পা ইজখে হায়রিবা নিয়ম অসি মতাই।

ইতি মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীতে প্রথম প্রকাশে রাগবিবরণ সমাপ্তং।

## দ্বিতীয় প্রকাশ

## সঞ্চার পংথৈ

# কার্ত্তিক সঞ্চার

শ্রাদ্ধদা রাগ অচৌবা চৌবা য়াদবা মফম থোক্লবদি হায়রিবা সঞ্চার অসিনা য়ৈগনি।

রাগ অচৌবগী মহুত্তা সঞ্চার অসিনা শিন্দুনা য়ৈবদা দোষ লৈতে।

মাসিগী য়াই য়াদেগী বিচারদি মথক্কী রাগ অচৌবা চৌবগী লক্ষণদা লৈবনি।

মাসি য়ুমনাম শ্রীমদুনাথ ওঝাগী য়াথংনি।

## নিত্যাই সঙ্কার

মসিদি রাগ অচৌবা হৌবগী গুরু বন্দনাদা তুক্কা চাপড় কায়খ্রবদা কার্ত্তিক সঙ্কারগী মফমদা (রাগ অচৌবদা) মাসিনা য়ৈর্গনি। মরমদি—কায়খিবা পূংলোনদুগী দোষ কোক্কবনি। অমসুং কায়খ্রিবা পূংলোনদু অমুক হন্না য়ৈরগা চপমান্নে।

মাসি য়ৈবা তাবদা চণ্ডাল য়োনা বৈষ্ণব ওইগনি।

য়ৈফম চান্দ্রগা য়ুমদা হল্লক্লগা মথাগী পাপমোচন সঙ্কারগী নিয়ম অসিগুম্না তৌগনি।

## পাপমোচন সঙ্কার

মাসিদি পূংগী রসভঙ্গ ওইখ্রবা (কাইখ্রবা) পূম্নমক্কা মাসিনা য়ৈরগা দোষ পূম্নমক কোকই। অমসুং রাগ অচৌবগী শ্রীমূর্ত্তি নিরুপণ তৌবদা কায়খ্রবা অমা মসিনা য়ৈগনি॥

য়ৈবা ময়ৈদিঃ—

রাগ অচৌবগী কার্ত্তিক সঙ্কার হায়ফমদা য়ৈগনি। অমসুং য়ৈফম চান্দ্রবদি য়ুমদা হল্লক্লগা ধুপ, থাওমৈ, হৈরুক, পানা থাদুনা হায়রিবা সঙ্কার অসি য়ৈগনি অমসুং ভাবনা অত্মনিবেদন তৌগনি।

ব্রহ্মসঞ্চারনা মৈ হৌরমই। জীবসঞ্চারনা অকওবা উ ময়োন চোংই। কার্ত্তিকসঞ্চারনা নুংশিৎ লেপই। অমসুং মাসি নৎতবা মমিং পানবা সঞ্চারসু য়াম্না লৈরি। মখোয় অদুদি মগুণ ফোংদোকখিবা য়াওদে। মথক্কী সঞ্চার অহুম অসিতন্থু মমাংগৈদা ওঝাশিংনা তৌখিবা তাজ-তৌবনা হায়জরুবনি। হায়রিবা সঞ্চারশিংসি নৎতবা ঋতু সঞ্চার হায়বা খর লৈ।

মাদুদি ওঝাশিংনা য়াম্না থুপ্না খওবিরিগনি। মাগী বিচার হায়বদু ঋতু ৬ কী থা ১২ গী মতুংইন্না পরেং কায়দবা হায়বা অসি মওাই।

সঞ্চার পুম্নমক্কী পথাপ হায়বা অমা লৈতে। মরমদি ওঝাশিংগী হৃদিপদ্মদা শ্রীগোবিন্দনা কৃপা পীনবা মরম্না মাসি য়েনসি হায়দুনা য়েনবতনি। মৈতৈ পুংগী অতোপ্পা লাইরিক (ব্যবস্থা) অমা লৈতে। ঋতু সঞ্চারদি মথাদা ঈরকখিগনি।

## বৈঠা সঞ্চার

ফম্লিবৈগেদা ঈশৈ রাগ হৌরবদি বৈঠা সঞ্চার য়ৈগনি অমসুং ফম্লবসু অহৌবা অমা হৌখ্রবদি সঞ্চার অচোইবা য়ৈগনি। বৈঠা সঞ্চার হায়বসিদি শুপ্পগী অমতনি অমসুং নুমিৎ তরানি ঈশৈ ফাংনগনি বৈঠাসঞ্চার অমমম্ য়ৈগনি হায়রবদি পুরাণদগী (অহৌবদগী) লোথোকনি।

মাসি শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাক্তক্তা শ্রীয়ুম্নামগী ওঝা পুরেম্না পুথোকপনি।

## সঞ্চার পূম্নমক্কী :হৌরকফম।

| সঞ্চার ময়াম | পুথোকপা ওঝাশিংগী পরেং |
|---|---|
| কার্ত্তিক সঞ্চার | ওঝা শ্রীগোাবন্দজীউ। |
| নিত্যাই সঞ্চার | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| গৌর সঞ্চার | ওঝা শ্রীজয়ন্ত নিংথৌ। |
| ব্রহ্ম সঞ্চ র | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| বৈষ্ণব সঞ্চার | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| জীব সঞ্চ'র | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| পঞ্চম সঞ্চার ৫ | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| যুগল সঞ্চার | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| পাপমোচণ সঞ্চার | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |
| অদ্বৈত সঞ্চার | ওঝা শ্রীয়ুম্নাম যদুনাথ। |

## পঞ্চম সঞ্চার

পঞ্চম সঞ্চারগী অচুম্বা চুমদবা খণ্ড.বা বিচারদি—

পঞ্চম সঞ্চার হায়বা অসিমক্তবু শ্রীয়ুম্নামগী ওঝা পুরেম্না

পুথোকলকপদা ৫ মণ্ডা শুই। মাতুগী মতুংদা ওঝাশিংনা পুথোকলকপস্থ যাম্না লরে অমস্থং অতুমদি ওইরগা মাব্ন পঞ্চম সঞ্চার হায়নদে। অচোইবগী শিংদা চল্লি। অচোইবগী শিংদা চল্লবস্থ কনাগুম্বা অমমম্না মানি নত্তে হায়নরক্লবদি পৃং মরু ৫ মণ্ডারক হায়বব্ন পঞ্চম সঞ্চারদা লোখৎকনি।

মাতুদি ঃ—গ্রগ্রঘিন্থ ঘিন্থ ঘিন্থ ঘিন্থ ঘিন্। হায়রিবা (ঘিন্) মণ্ডা অসিনা সঞ্চার অতুগী মতুংদা য়াওরবদি পঞ্চম সঞ্চার হায়গনি।

## সঞ্চার পূম্নমক্কী অশুপ্পা বিচার।

সঞ্চার হায়বা পূম্নমক, মমিং পানবস্থ পান্দবস্থ বিচার লৈতে।

মথক্তা হায়খ্রিবা মমিং পানবা সঞ্চার খরদং ইজখ্রিবা অতুদি থাইনদগী হৌনা লৈরবা বিচারনি।

সঞ্চারগা কোন্নবা রাগদি মমাংদৈ শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মনা হাক্তক্তা লৈরমদে। মমিং পানবা সঞ্চারসিস্থ মথংমনাও লৈতে য়ুম্নাম ওঝা পুরেনগীনি। মতুং অসিদা হায়রিবা পূম্নমক অসি লৈরক্লবস্থ কনাগুম্বা ওঝাশিং অমনা অতোপ্পা লাইরিক অমদগী পুথোক্কদবা মণ্ডাই।

লাইরিক অসিদা ইজরিবা অসিদি ওঝাশিংগী হ্নদিদা ওইখিবা অতুদা ইজবনি। মৈতৈপুংগী লাইরিক লৈতে। ইজরিবা অসিম্ব লাইরিকতগী নৎতে।

## তিন্দাল

তিন্দাল হায়বসি মখল অহুম শুই। মাতুদি ঃ—তিন্দাল অচৌবা, তিন্দাল মিলান, তিন্দাল মচা। মিলানস্থ তিন্দাল অচৌবগা মান্নে। মিলাননি হায়বা খণ্ডবদি ঈশৈ ছন্দগী মতুং ইনগনি।

যথা ঃ— (অপরূপ রাসবিহার) মাসি থাঙ্গৈশেংবা তিন্দাল মিলানগী ছন্দনি।

মাত্রাদি ঃ—

তিন্দাল অচৌবনা—মাত্রা ৮।

তিন্দাল মিলানস্থ—মাত্রা ৮।

তিন্দাল মচানা—মাত্রা ৭।

তিন্দাল মচা অসি চুম্না মপুংদা য়ৈদুনা থাদোকখিবস্থ লৈ অমসুং থায়দুনা করতাল নৈবস্থ লৈ; হায়রিবা তিন্দাল অথায়বা অসি ছন্দগী মতা য়েংনা থায়গনি। তিন্দাল থায়বগিছন্দনি হায়দুনস্থ ঈশৈদুগী পদ অতুমদা তিন্দাল অথায়বনা তংথাই, তিন্দাল ছন্দ নৎতবনা তংথাই ওইরবদি

তিন্দাল খায়নিংঙি হায়তুনস্তু খায়বা য়াদে। ঈশৈ পদ অতুমা তিন্দাল ছন্দনা মপুংফানা কোন্নরবদি তিন্দাল খায়ররোই হায়তুংস্তু খায়দব যাদে। তিন্দালনিদি হায়রগা খায়বা য়াদবা ছন্দদি ঃ—

{ তুয়ার খুলিয়া পাগু
দিলে দরশন। } মশিনি।

থাঙ্গৈশে বা তিন্দাল খায়দবা ছন্দদি ঃ—

{ জগ অনুরাগলে ভবভয়
ভঞ্জনে। মাশিনি। }

# তিন্দাল মিলান

তিন্দাল মিলান অসি শক্লক্লবদি—পূংলোন করি য়ৈগনি ? মাতুদি ঃ—পূংলোনদি তিন্দাল অচৌবস্থ চাই। অতুম ওইনমক চারবস্থ য়ৈবদি য়াদে।

মাগী ছন্দ হায়বমক্তবু মথকী—(**অপরূপ রাস বিহার**) হায়বা অসিনি। মাসি—শ্রীওঝা চন্দ্রহাসনা তাকপিরম্বা য়াথংনি অমস্তুং শ্রীগোকচোম ওঝা মুক্তাসিংনা মাগী পূং-লোনদি বৃন্দাবন পরেংনা য়ৈগনি হায়না তাকপিরমই।

## তিন্দাল অচৌবা

তিন্দাল অচৌবদি মপুং য়াম্‌ই। অথাবস্থ য়ামই ঈশৈ ছন্দদিঃ— (দেখরে সুন্দর শচীর নন্দন।) মশিনি। অদুগা মথক্কী তিন্দাল মিল্লানগী ছন্দ খর পক্লবদি তুক্কা চাপড় খর থৈদোক থৈজিন তোরগা তিন্দাল মিলানগী মপুংনা অদুম ময়েগনি। থাবদি তিন্দাল অচৌবনা অদুম মথাগনি।

হায়রিবা তিন্দাল মিলানগা তিন্দাল অচৌবগা য়াম্নবা ছন্দ অরোইবদি মাসিনি।

(আন ছলে আন পথে)

মাসিগী ছন্দসি শক্লবদি (মান্নরবদি) মথক্কী নিয়ম অসিনা য়েগনি।

## দশকোশি

দশকোশীদি মাত্রা ৭ তরেংনি। দশকোশীগা তিন্দাল অখায়বগা মান্নে। অদুমদি মান্নরগা দশকোশী হায়রুরিবদি ছন্দগী মতুং ইন্নবনি। মাদুদিঃ—হিক্না হিক্না কপ্পা ছন্দগী ঈশৈ হায়বদিঃ—

কাপসি থর থর
মদনে জর জর
নয়ণ শর শত
সন্ধানে।

মসিগী ছন্দ অসিনা চিংবা ঈশৈ অতুবু দশকোশীগী ছন্দনি হায়না খণ্ডগনি।

## চারিতাল মচা

চারিতাল মচা হায়বসি মথক্ত হায়খ্রিবা তাল, অনি অসিগা ( তিন্দাল মচাগা, দশকোশীগা ) ঘর অমত্তনি।

তিন্দাল মচাগী ফাঁক (শুন্য) না তাল ওইনা থারগা চারিতাল মচা হায়বতনি। অমমুং মাসিগী অওইবা খণ্ডননবদি মথাদা ইজরক্কনি চারিতাল মচানি, চারিতাল অচৌবনি হায়বা খণ্ডননবা বিবরণ লৈবনি য়েংঙু।

ইতি শ্রীমৃদঙ্গব্যবস্থাসঙ্গীতে দ্বিতীয় প্রকাশে সঞ্চারাদি বিবরণ সমাপ্তং।

## তৃতীয় প্রকাশ

## মেন

মেন হায়বসি ই চাই চাইবনি মশিং নাইদে। অতুমদি ওইরগা ঘাৎ পানবা ঙাক্তনি অমসুং মমাংদৈদা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স ঙাক্তক্ত শ্রীওঝা য়ুম্নামগী যদুনাথ পুরেন্না মেন ৬৪ হুন্দ মরি পুথোকখি।

মপুথোক্তি ঃ— শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা চৌসষ্ঠিরস, নুমিৎ ৩২ কুম্ভানিথোইনি কাংনৈ। মাতুদা শ্রীয়ুম্নামগী ওঝা পুরেন্না মেন ৬৪ সি পুথোকখি অমসুং ৬৪ সিগী মনুংদগী শ্রীয়ুম্নামগী ওঝা পুরেন্না খনগংতুনা মেন ১২ পরেং শাখি শেমগংখি। মাতু শেম্বগী ৱারীদি মখাদা ইজরি।

## মেন ১২ গী ৱারী

মমাংদৈদা শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নোংমগী নুমিৎতা শ্রীয়ুম্নাম ওঝা পুরেন্দা স্না য়াথং হংখি। ওঝা নৈপাকচাবা পালা (বঙ্গদেশ) গীদি মেন ১২ লৈ হায়; ঐথোয়গী অনৌবা পালা অসিগীদি লৈত্রা ? হায়দুনা হংই। স্না য়াথং অসি তাবদা ওঝা পুরেন্না খুমই—

শ্রীযুৎ ইবুংঙো অনৌবা পালাগীস্থ লৈগনি ননাইশিংনা হৈতবননি। হায়দুনা মেন ১২ দি ইলৈ লৈতনা লৈ হায়না খুমই। অদুদা স্না য়াথং হায়রকই— অদুদ ওঝাবু হয়েং ওঝানা কারকপদা মেন ১২ অদু পুংখাংপরকউ ঙাসিদি কুম্বিরো। স্না য়াথং অসি তাবদা ওঝাগী স্না চরণ খুরুম্লগা য়ুমদা কুম্লক্লুনা ওঝাগী মচা শামু অনৌবা লৈ হনবা অমানকপু কৌশিন্দুনা হায়— ইচাশা ঙাসি কোন্থং কারুবদা স্ন য়াথং হংই। বঙ্গদেশগীদি মেন ১২ লৈ অনৌবগীদি লৈত্রা হায়দুনা হংবদা ইপানা লৈ হায়দুনা খুম্লে। অদুনা মেন ৬৪ দগী ১২ দং শংদুনা পরেং শাবা তারে। হায়দুনা অহিং অদুদা মেন ১২ সি লেংথি। নোংঙাল্লগা কোন্থংদা পুখত্লুনা মহারাজদা কংখি। অদুদা পালা তিন্দুনা তমথংলকপদা লম্বি ঘাংতা স্না য়াথং হায়। ওঝাবু লাম্বাংকী মমৈদা করতাল হাইগংলিবা অসি ওইরোমদা নংতনা য়েংলোমদা হাইগংলগা করতাল ওইদা হাইদোক্লুনা কৈ নম্লগা য়েংকী তাল লাকপদা মপুং পুংলোন্গা লোইনবা করতাল থামিন্নবা য়ারোইদ্রা ওঝাবু? স্না য়াথং অসি তাবগা ওঝা পুরেন্না হায়— মহারাজবু! যাগনি স্নাযাথং তাকপিরিববু কৈরগী য়ারোইদগে। মমাংঙৈদগী ঙৌনা ওঝাশিংনা তৌনরকপা অদুদা ননাই ঐনা কিহনা তৌবনি স্না য়াথং লৈরবদি

তৌজগনি। * অসুম হায়দুনা পৃংলোন ময়েক মরিদং হাপ্তুনা শেমখি। মাদুদিঃ—

---

* থাইনা তৌনরকপাদিঃ— গ্রগ্র ধেংত্ব তাংতাতাং ৩ তাংতাধেং ধিন্ গ্রগ্রধেংধিন্ তাংতাতাং ঘিন্ধত্ব ঘিন্ধন্ত্বঘিত্তাং গ্রগ্রধেংত্ব তাংতাতাং তাংতাতাং তাং তাধেং ধিন্ গ্রগ্র-ধেংধিন্ তাংতাতাং। গ্রগ্র ধিন্ ধিন্ ধেং খিত ধিনতাং তাত্বতা থেত্তাত্বতাং। মাশুন তৌমা :২ মক তৌরমই। গ্রগ্রধেংত্ব তাংতাতাং ৩ তাংতাতাং তাতাথেং ধিন্ গ্রগ্রধেং ধিন্—তাংতাতাং ঘিন্ ধত্ব ঘিন্ ধনত্বঘিন (তেনত্ব খিৎতা ধেংত্ব) গ্রগ্র-ধেংত্ব তাংতাতাং তাংতাতাং তাংতাথেংধিন্ গ্রগ্রধেং ধিন্ তাংতাতাং। তন্তাত্ব তাং। মপুং তারগনি।

অসুম তৌনা শেমখি। অমসুং মাদুগী মতুংদা শ্রীওঝা স্নাখ্যা য়াইস্কুল লাকপনা শ্রীযুৎতা হঙ্গৎখি। মহারাজবু মেন ১২ গী অহুমগী সেতুগা ৪ গী সেতুগা অনি অসিদি শ্রীযুৎনা থোল্লবা অমা; ননাই ঐনা য়েঁজরবা অমা; অসিদা নৎতনা অতৈ মী অমদদি য়েঁহনবা য়াদে মাসি শ্রীযুৎনা কৃপা তৌবিয়ু। অসুম হায়না হংগৎতুনা সেতুঘাৎ অনিসি লোৎখি। লৈপাক্লা চৎননবনা অমা শেমদুনা (কাটাম্বাৎতগী) হাপ্খি।

# মেনৃগী ছন্দ

মেন তরানিথোই অসি পরেং কায়দনা তুক্কা চাপড় ফাওবা কায়দনা য়ৈগনি হায়রবদি করম তৌনা য়ৈগনি। মাদুদি ঃ—ঈশৈ ছন্দগী শতুংইন্না য়ৈগনি। অদুদি মেনগী মপুংদি ১২ দনি অমগীনা অমদা য়ৈবস্থ য়াবা নৎতে পুন্নিবা মপুং অদুগা শক্লিবা ঈশৈ অদুগা অনিদুস্থ ইচু তিন্নদবা থোক্লমলে করম তৌগনি। মাদুদি ঃ—পূংলোনদু ছন্দ হাপ্তুনা য়ৈগনি তুক্কা চাপড় খর খর থৈদোক থৈজিন তৌদুনা। হায়রিবা ছন্দ অসিস্থ য়ামই। অদুম ওইনমক লিচৎতি অমত্তনি। হায়রিবা ছন্দ লিচৎ অসি ১২ সিদদা তৌগদবা নত্তে অচোইবা মেনৃদস্থ অদুমগাই। মাসিদা লোন্নে। মাসি নত্তবা রাজমেন ১১ হায়বা অমস্থ লৈ। মাদুস্থ মেন ১১ গা অঙ্কানি অদুদা ঘাৎতি অহুমনি-লম্বি-ঘাৎ; সেতুঘাৎ; কাটাঘাৎ; অহুমসিনি।

মমিং পানবা মেন অতৈদি ঈশৈ ছন্দস্থ পূংলোনৃস্থ কোন্নমা লৈবা ঙাক্কনি অমস্থং মমিং পান্বা মেন্ পূন্নমক মেন ৬৪ গী মনুং চনবা ঙাক্কনি অমস্থং মেন ৬৪ হায়বসি ওঝা অমত্তগী নত্তে ময়ামগীনা তিনশিল্লগা ৬১ শাবনি। মমিং পানবা মেনগা ঈশৈ ছন্দগা কোন্নবা মরোনদি মথাদা তালিকা ওইনা ইজরি।

# ঈশৈগা মেনগা কোন্নবা

কিহে মালতীমালা
নাচরে নাচরে আমা
রজনী অবসানে,
সুখময় শ্রীবৃন্দাবনে,
} বড়ভুম্নাং

রসিক সিন্ধু
রূপ সিন্ধু
সভাবে নাচিয়ে
চান্দমেঘে উদয়েরে
} মেন্‌গোই

হায়রিব অনিসিদি অমাংবা পক্তবা পুংলোননি। রাজমেন-মেনগোই, অত অদু হায়রিবা পুন্নমক ঈশৈ অদুগী মতা যেংগনি। মাতুদি :—রাজমেনস্থু হাইরপ, মেন্‌গোইস্থু হাইরপ্ য়ান্নরিবা ঈশৈদুবু রাজমেন-মেনগোই কৌই। অমস্থুং ভুম্নাংকাটা হায়রবদি ভুম্নাংকী ছন্দদা করিগুম্বা অথোই অগেল লাকপদা পুংগী তুক্কা চাপড় অমা য়াংনা য়ৈরগা ভুম্নাংকাটা হায়বনি। ভুম্নাংকাটা রাজমেনকাটা হায়বা অমা লৈতে ঈশৈদুগী মতুং ইন্না মমিং থোঞ্জরুবতনি।

# মেন ৬৪

মেন ৬৪ হায়বসি তোঙানবা অমা লৈতে। লৈরিবা ১২ অসিদগী কাটাঘাৎ ১২ অসিদগী পোকথোকখিবা ঙাক্তনি। মাতুদি ঃ—সেতুঘাট ১২ গা কাটাঘাৎ ১২ গা অনিসিনা লম্বিঘাৎ ওইতুনা মানা মানা পুবা মশা লৈরি মাতুনা মরোইরত্রা হায়ববু লোইদে মমিং নাইবা মেন ৩০ মরুমগা থাইনা ওঝাশিংগী ৬৪ গী মনুংচনবা লৈরি।

মাতুগা করিগনা শুপচিল্লগা মেন ৬৪ হুম্ফু মরি হায়বতনি। মথং মনাও নাইনা লৈতে। য়েনিংবা য়েগনি।

মাসি লৈমপোম ওঝা পুরেনগী য়াথংনি।

মাসিদা লোইরে।

# তানচপ

তানচপ হায়বা অসি মখল ৩ অহুম শুই। মাতুদি অরাওবা অমা, ময়াই অমা, অকুপ্পা অমা, অহুমসিনি।

অরাওবনা—মাত্রা—১৬

ময়াইনা— মাত্রা— ৮

অকুপ্পনা— মাত্রা— ৪

তানচপ অসিমক্তবু মখল অহুমদগী হেনদে। পুং- লোমদি ঈশৈগী ইচু (ছন্দ) য়েংনা য়েগনি। হায়রিবা

অহুমসি তাল লোইননা (লয়দা) য়ৈগনি। ছুন্‌দা য়ৈগনি করিগুম্বদস্থ তাঙ্গা য়েংনা। অতুম ওইনমক ছুনদা য়ৈবা হায়বসি মৈতৈ পুংদদি চোপনৈ। অতুস্থ তাঙ্গা লৈরি। মাতুদি ঃ—ঈশৈতুগী ইচু চানা পুংলোন অমত্তদা লয়, ছুনী, আড়ি, চৌগুণ য়ৈশিনবা ঙংবদি ফে। অতু নত্তনা ছুনদতা হৈনবী ওইনা তৌরবদি ঈশৈস্থ পুংলোনস্থ মতুংদা অমুক খুনগৎপা য়াদ্রে অমস্থং বৈষ্ণবশিংনা ওঝাশিংনা তাবদা শ্রুতাগত ওইগনি। মাতুম তৌনা পুংয়ৈবা য়াদে। মাসিগী মথাদা পরিঘুষ কৌবা ঘাৎ অতু থায়গনি। মতুদি ঃ— মথল অহুম শুই। অহানবগা অকোনবগা অতুদি শৈঙৌ শৈজিন্‌গীনি। মাতুগী মথাদদি অলঙ্কার মতেক অমমম্‌ হাপ্লগা পালা পুম্নমক য়ৈনগনি অমস্থং মথকী অনিসিগী মথা ঘাৎ অতুদি অহানবা পালাদা য়ৈগনি। অলঙ্কার হায়রিবা অসিদি তিন্দাল মেন্দগী লোথোক্কনি।

## মেনকুপ

মেনকুপ হায়বা অসিদি তানচপকী মথাদা পরিঘুষ হায়বা ঘাৎ অতু থায়রগা মেনকুপ তাগনি। অচুম্বা প্রুরিং য়ৈনশি হায়রবদি মথকী ঘাট অসি থায়দনা মেন-কুপ তাবা য়াদে। ঘাৎ অসিগী মরোনস্থ (বিচার) লৈ।

পালা অকোনবগীনি অহানবগীনি হায়বা বিচার লৈরি। মথক্তা ইজখ্রে। হায়রিবা ঘাৎ অনি খায়রগা মেনকুপ তারগনি। অচুদগী মরক্তা হায়রিবা ঘাৎ মচা অনিচু হায়রমদনা মেনকুপ পৃংলোন য়েবা য়াদে।

অমসুং মেনথাবদি ঘাৎ মচা মচা অনিসি হেক লোইবগা মেন থাবসু লোয়রে। মথক্কী মেন থাবনি হায়বা অচুদি অথায়বগুম্বনি মাচুদা মেন লোয়বা নক্তে অমসুং মেন থুজিল্লকলিবা তাল অচুগা তানচপকা মশা অমতনি খেনদো মেনগী তান অথুবা অচুনা তানচপকী মাত্রা ওইবতনি।

হায়রিবা ঘাৎ মচা অনিসিগী মথা মথৈ মেনকুপ কৌখ্রে। মেনকুপকী অথাবদি মশিং য়ামই। অহানবা অকোনবগী মরম থায়না লৈ। মাসি মথাদা বৈঠা ফম্ম-নবা বিশ্রাম পৃংলোন হায়গনি। অচুগী মথাদদি মানা মানা শকৃনিংবা য়েনিংবা তৌজবা য়ারে।

ইতি—মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীতে তৃতীয় প্রকাশে রাজমানাদি বিবরণ সমাপ্তং।

## চতুর্থ প্রকাশ

## বৈঠাগী পংথৈ

# মেন তানচপ

মেন তানচপ হায়বা অসিগী অরেপ্পা খণ্ডনবা পথাপতি ঃ—বৈঠাগী মনুংদা শরুগা মেনতানচপ হায়বতনি। হৌগৎতুনা শরুগা রাজমেন হায়বতনি।

অমসুং মেন তানচপ হায়বা অসি মরুবু ঈশৈ ছন্দগী মতুং ইন্না য়ৈগনি।

মাতুদি ঃ—মেনতানচপতা শক্লিবা ঈশৈ অতুনা নামটাকাগী ছন্দ ওইনা শকপদা ইচু তিল্লবদি মেনতানচপ অশেংবনি অমসুং মেন তানচপকী ছন্দদি ওইরগা হৌগৎতুনা শরুবদি—মপুংনা মেনতানচপ য়ৈরগা অগাবনা রাজমেন্না থাগনি। রাজমেন ছন্দদি ওইরগা বৈঠাদা শরুবদি—মপুংনা রাজমেন য়ৈবসু য়াই; থাবদদি মেন তানচপনা থাগনি।

হায়রিবা পূম্নমকসি ইনং নৎতনা কনাগুম্বা অমগী করিগুম্বা সঙ্কীর্ত্তণ অমা ফমতুনতা ময়ৈগনি হায়রবদি রাজমেন অদু করম্বনা য়ৈগদগে হায়ববু—(রাগ হৌবদগী মেনকুপ থাবা ফাওবা অদু হৌগৎপগী নিয়ম অদু কায়দনা য়ৈগনি) বৈঠা তাখুবদি পংয়ে য়ৈনশি হায়বা য়াই।

# ঈশৈগী তালগী মতুংইন্না পূংয়েবা।

ঈশৈগী তালগী মতুংইন্না পূংয়েবা হায়বসি তাল য়াওদবা ঈশৈ অমম্ভং ছন্দ খণ্ডদনা ছন্দদা পূংযৈববু ঈশৈগী তালগী মতুংইন্না পূংযৈবা কৌই। তাল য়াংদবা, ছন্দ খণ্ডদবা হায়বদি ঃ— ভাঙ্গাবু কৌই। ভাঙ্গা হায়বদি তাল য়াওদববু ভাঙ্গা কৌই। হায়রিবা ভাঙ্গা অসি কনাগুম্বা ওঝা অমনা শক্লক্লে; পূংয়েবস্ত ভাঙ্গাগী হৌনবা পূংলোন খরদং য়েগনি। তাস্ত'দি করিনা থাগনি? মাহুদি ঃ— ঈশৈগী মতা য়েংনা থাগনি। ঈশৈ অদুনা ভাঙ্গা শক্লক্লগা পূংস্থ ভাঙ্গানা থাগনি। ঈশৈ অদুনা তাল নাইনা শক্লক্লগা মশানা মশা থাগনি। মদুদি ঈশৈ ছন্দ অমম্ভং তাল অদুনা জয়দিক (যতিতাল) শক্লক্লগা পূংস্থ জয়দিকনা থাগনি। মেনদা (মেনছন্দদা) নিক্লক্লগা মেননা থাগনি। মরম অসিনা ঈশৈ ছন্দদু তাদুনা তাল মাসিনি হায়বা খণ্ডলগা তানগী মতুংইন্না তাস্ত' থাগনি

# ঈশৈ ছন্দগী মতুং ইনবা

ঈশৈ ছন্দগী মতুংইন্না পূংয়েগদবা ওই। মাহুদি ঃ— চ্যরিতাল ওইনা করতাল চপ্তুনা শক্লগা ঈশৈ ছন্দ অদুনা

তিন্দাল অথায়বগী ছন্দ শরুরুবদি ( নাগরীবেশ ) গী করতাল কোন্নবা পূংলোন অতুনা খায়গনি। থাবস্থ অতুনা অতুম মথাগনি। হায়রিবা ঈশৈ কাইদা অসিগী জাৎ শরুকপা পূন্নমক্তা চায়খিব নিয়ম অসি য়ৈগনি। তিন্দাল খায়বা য়াদে। তাল য়ৈরবস্থ চুম্নগী তানচপ্তবু য়ৈরবস্থ ছন্দগী মতুং ইন্না পূং য়ৈগদবা ওই।

মাস শ্রীয়ুম্নাম ওঝা পুরেন্না তাকপিরম্বনি।

## তালগী মতুং ইনবা

তালগী মতুং ইন্না পূংয়ৈবা হায়বসি অরুবা অমনি। মাতুদিঃ—কনাগুম্বা ওঝা অমনা পূংয়ৈবা অতুবু তালগী মরমদা ওংশরুবদি বোর তিন্নবা তালগী মতুংইন্না পূং য়ৈগনি। ঘোর তিন্নবা তালদি মতুংদা য়েংঙু অমস্থং হায়রিবা বাহৈ অসিগী মরমদা থাইনা তৌখিবা য়ারী অমা হায়জগে।

মমাংদৈদা শ্রীযুক্ত মারজিৎ মহারাজগী স্না হাক্তক্তা অরাগী ইংয়ে যুবরাজগী লান লাক্তুনা মণিপুর থুগাইরবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ ইবুংঙোবু ময়াং কাছাড়গী মন্থুং চন্‌বা তিলান কোবা চাংগী চাংদোন্দা লেঙশিন্দুনা লৈবদা নোংমগী ন্থুনভা গৌরী থোগন্দা ওঝা অমনা ঈশৈ শকই। ওঝা

অমনা পূংয়ৈ। অদুদা ঈশৈ শকপা ওঝাদুনা তিন্দাল মচাদা ভাঙ্গা নিক্লকই। অদুদা ওঝা পূংয়ৈব অদু পূংয়ৈবা ওমখিদে। মরমদি ঃ—মমাংঙৈদুদা ভাঙ্গা হায়বা তাল অসি লৈরগদে অমসুং খণ্ডনরমদে মরম অদুনা ওঝা পূংয়ৈবা অদুনা য়ৈবা ওমদ্রদুনা করতাল ভাক্তা থাদোকখরে। মতৌ অসুম তৌদুনা গৌরী থৌগল অদু লোইরগা ওঝাশিং পূন্নমক লৈফম তান্না চন্নখে। অদুগী নোঙাল্লগা ওঝা পূংয়ৈবা অদুনা শ্রীঙাংবম ওঝা ইরাবন্তগী লৈফম তান্না চঙ্খুনা পূংয়ৈবা ওমদবা অদুগী বিষয় পূন্নমক হংগংলুবদা শ্রীঙাংবমগী ওঝা ইবুংঙোনা শাউদুনা হায়রকই। নংনা য়ৈবদা ঈশৈ শকই হায়বা নিপাদুবু ঈশৈ শকহল্লম্মু, ঙাঁসদি ঐনা পূংয়ৈরগনি। অসুম হায়না শ্রীযুৎতা হঙ্গংলু। ওঝাগী য়াথং অসি তাবদা ওঝাদুনা হল্লক্তুনা শ্রীযুৎতা হঙ্গংলুরে। মহারাজসু য়াম্না হরাওরে অমসুং গৌরী মতমদা লেংথোক্তুনা লৈরে। শ্রীঙাংবম ওঝা ইবুংঙোসু কাররে অমসুং শ্রীগোবিন্দবু মহারাজবু খুরম্নগা গৌরী ঈশৈ চৌরে। অদুদা শ্রীঙাংবম ওঝানা ঈশৈ শকপা নিপা অদুদা হায়রকই। ইবুঙো ওরাং নংনা তিন্দাল মচাদা করতাল নিকই হায়ব অদু গৌজিক তুকতৌ হায়রকপদা ঈশৈ শকপা ওঝাদুসু খিন্দনা করতাল থাদুনা ভাঙ্গা হৌরে। শ্রীঙাংবম ওঝা পুরেনসু ( তাম্নাং )

হায়রম্নগা পূংলোন য়াম্না য়ৈরে। তাস্থাদি চারিতাম্না থারগা তিন্দাল অনোইবা তারে পূংলোন হৌনবা খর য়ৈরগা চারিতাম্না অমুক থারে। অতুগী মথাদা চারিতাল অমুক তাডুনা পূংলোন য়াম্না য়ৈরে। তাস্থাদি—দুতুলানা থারে। মতৌ অস্তুম তৌডুনা ঈদৈ হন্‌বা অতুবু য়াম্না ওৎলে। গৌরী থৌগল লোইরগা— শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা শ্রীঙাংবম ওঝাবু সঙ্গাই মম্নুংদা কৌশিন্দুনা শ্রীযুৎকী ম্না থাংজেং নম্‌খাঙনচিংবা ফিরোই পূম্নমক সুনা পিরগা ম্নায়াথং হায়রকই। ওঝা ইবুংঙো! ওঝানা অসাই তিন্দাল মচাদা য়ৈখিবা করতাল অনিকপা অতু মমিং করি কৌবগে ফজেদা; হায়রকপদা ওঝানা খুমই।

মহারাজবু! ননাইশিংনা খণ্ডদবননি ভাঙ্গা কৌই। মাবু ভাঙ্গা কৌরুবদি অকাইবা তাল ঙাকনা মপুম শাডুনা য়ৈবা মরম্না মাবু ভাঙ্গা কৌবনি। মথাগী চারিতাম্নচিংবা অতুদি— তালঘোর মান্নবা থন্দুনা হাপ্পতনি মহারাজবু। অসি তাবদা শ্রীযুৎনা হায়রকই ওঝা ইবুংঙো! গোবিন্দগী সেবা তৌবা মতিক চাইদা। ওঝাবু কৈদৌনুংদা শাম্নু অঙৌবগী মথক্ত হাপকৎলগা নিংথৌ ঐনা পে চত্তুম নবসত্র থান্দুনা লৈবাক লৈবাক খুদিংদা লেম্ননিংঙিদা ওঝাবু। অসি হায়রক্লগা ওঝাশিং পূম্নমক্তা অমুক হায়রকই ওঝাশিং

পূন্নমক। ঙসিদগী হৌনা ভাঙ্গা হায়বা তাল অসি চৎনরম্সি ঐগী পুক্নিংনা য়াম্না পামজৈ। অদুনা ওঝাশিংনা ঙসিদগী হৌনা শকপি শোনবিরো। অসুম হায়দুনা শ্রীযুৎকী য়াথংনা ভাঙ্গা হায়বা তাল অসি পুথোকখি। শ্রীঙাংবম ওঝা ইরাবস্তগী য়াথং মতুংইন্না চৎনখি।

ঈশৈ হন্বনবু ওইরবস্থ পূং য়ৈবনবু ওইরবস্থ লাক্লগে হায়রবদি তালগী অমসুং ঈশৈছন্দগী মতুংইন্না য়েৎকনি। লাক্লবনি হায়দুনসু পূং য়ৈবা অমসুং ঈশৈ শকপা অদুনা খংলোইদবা করতাল ঃবোল অমসুং পূংলোন য়ৈদুনা লাক্লবসি পূংহৈবা ঈশৈ হৈবা কোদে।

## শাপ্-পূং্লোন

শ্রীল শ্রীযুক্ত ৺মারজিৎ মহারাজগী স্না হাক্তক্তা নিংথেম কীর্ত্তণ তৌই।

মাদুদা শ্রীওঝা লাংলেন হনবগা শ্রীওঝা ঙাংবম ইরাবস্তগা ওঝা অনিসিনা পূংয়ৈ। অদুদা দশকোশী তাল (মগ্নিকরুণা) গী অখায়বা (তাতাতাং ত্রথতেন্তাত্ব ঘিন্তাঁত্ব খিৎতাত্ত্ব ঘিন্তাঁত্ব খিৎতাগ্রগ্রাং) হায়বা অসি শ্রীঙাংবম ওঝাবুদি খঙহন্দনা শ্রীওঝা লাংলেনহন্বনা কীর্ত্তণ খা অমরোম ব্রাৎলিচৈঙদগী হৌনা শেমদুনা কীর্ত্তণ মুমিং অদুদা

হৌদোরকপদা শ্রীঙাংবম ওঝাদি পূংলোন অদু ফাদবনিনা খুৎ হাইগৎতুনা লৈথোকখরে। অদুদগী ওঝানা মুংঙাইবোই ইকাইবোই তৌদুনা ওঝা লাংলেন হনবগী ময়াংলেন্দা ওই. থংবা খুৎনা নানবদগী সঙ্কীর্ত্তণ ময়াইদগী হোগৎপা ঙমদদুনা মীনা থাংদোকখরে—

কীর্ত্তণদু লোইরগা য়ুমদা কুম্লকপদগী চহি তরেৎ ৭ খ্বাং লেঙবা য়াদনা নাদুনা লৈরবদা—ওঝাগী মমা ইবেম্মনা পাঞ্জীগণক চত্তুনা য়েংঙুবদা পাঞ্জীশিংনা হাই।

মমাংঙৈদা তৌহৈদবা থবক অমা তৌরুবদগী মাদুগী দোষনা নারিবনি হায়রকই। ৱা অসি তাবদা ওঝাগী মমানা থুনা হল্লক্তুনা ওঝাদা হাইরৈ। ইবুংঙো! নংনা মমাংঙৈদা তৌখিবা নিংশিংঙু; পাঞ্জীনা হায়রকই—করিগুম্বা তৌহৈদবা তৌরুবদগী মাদুগী দোষনা নারিবনি হায়রকই; অমসুং নংনা নারিবা অসিসু নিংথেম কীর্ত্তণদগীনি। নংনা সঙ্কীর্ত্তণ মনুংদা করম্বা তৌহৈদবা তৌরুবগে নিংশিংঙু। ৱা অসি তাবদা ওঝানা মমাঙৈগী ৱা অমা নিংশিংলক্লদুনা ওঝাগী মমাদা হায়।

ইমা! ঐ মমাংঙৈগী দোষ অমা নিংশিংলক্লে; ঐনা নিংথেম কীর্ত্তন্দা ঙাংবম ওঝাবুদি থঙহন্দনা পূংলোন অমা ঐনা শেগদুনা হৌদোকউরে অদুদা ঐগী নংগন্দা ওঝানা

নানবিবদগী থ্বাং লেংবা য়াদনা নারিবা অসিনি। অদুনা ওঝাবু চাক কৌদুনা ঐনা ঙমজবা কৎপা তারে; অদুনা ইমা হোজিকমক বার্ত্তণ চৎলু ইমা।

অসি তাবদা ওঝাগী ইমা ইবেম্মনা বার্ত্তণ পুদুনা চৎ-লুবদা শ্রীঙাংবম ওঝানা হায়রকই। ঐদি মীগী য়ুমদা চাক চাদে হায়দুনা হায়বিরক্লে। অদু তাবদা ওঝাগী মমাদু হল্লকুনা ওঝাদা হায়রে। ইবুংঙো বার্ত্তণ লৌ হায়বা য়াদে মীগী ময়ুমদা চাক চাদে হায়রকই।

অদু তারবদ ওঝানা হায়রকই। অদুদি মহারাজদা কৎলুরো ইমা; অদু নৎত্রেবদি য়াররোই। হায়দুনা গৌরী মতমদা কাদুনা মহারাজদা খুরুম্মুবদা মহারাজনা হায়রকই। করিগীনো বার্ত্তণ অসিদি হায়দুনা হংবদা মনাইশিংনা খুমই। মহারাজবু ননাই লাংলেন হনবগী মমানি হায়দুনা খুমই। অদুদা মহারাজনা করিগী বার্ত্তণনো অসিদি হায়দুনা হংবিবদা ওঝাগী মমানা খুমই। শ্রীযুৎ ইবুংঙো! ঙাংবম ওঝাবু চাক কৌজগে হায়দুনা বার্ত্তণ তৌজরুববু লৌবিদ্রে শ্রীযুৎকী স্নাচরণগী কৃপা মঙাইরে হায়দুনা হঙ্গৎলি। অদুদা মহা-রাজনা হায়। ছিঃ! করিনী হায়বগে গৌজিমক কৌরু হায়-দুনা মনাইশিং চৎতুনা কৌরুরে। শ্রীঙাংবম ওঝাসু স্নায়াথং হেক তাবগা কারক্লুনা স্নাচরণ খুরমই। অদুদা মহারাজনা

হায়। ওঝাবু করিনো মীনা তৌজবা বার্ত্তণবু লৎনৈ হায়বদি কম্নিনি হায়বগে; তৌবিন্নু বার্ত্তণসি লৌখিদবা য়াদ্রে। হায়দুনা বার্ত্তণ অদু পিরে ওঝান্নু লৌদবা ঙমদদুনা লৌরে অমসুং ওঝানা হায়রকই। লাংলেন চনবগী মমা! থৌরাং তৌরম্মো হয়েং ঐ লাক্কে হায়দুনা হায়বিরে। অদুদা ওঝাগী মমানা য়াম্না হরাওদুনা শ্রীযুৎ খুরল্লগা য়ুমদা কুমখ্রে। ওঝা পুরেনসু য়ুমদা কুমখ্রে। অদুগী নোংঙাল্লগা শ্রীঙাংবম ওঝান্নু থবক পূন্নমক লোইরদুনা ওঝান্নু লুক হারে। অদু লোইরগা ওঝানা হায়রকই। করি করি পিজখিগনি ঐ চৎলগে। হায়রকপা অদুদা ওঝা লাংলেন চনবনা শলশান্না খোরক্লদুনা ওঝা উবদা য়াম্না প্রেম তৌরদুনা অমসুং ফিরোই শুনা কৎলদুনা দক্ষিণানচিংবা তৌরগা ওঝাগী চরন্দা তুর-ছুনা ওঝা লাংলেন চনবনা হায়রকই। ওঝা ইবুংঙো! ননাই ঐ লাল্লে—ননাই ঐনা কীর্ত্তন্দা পূংলোন নত্তবা অমা কৌদোকউদুনা মাদুগী দোষনা ননাই ঐ চহি ৭ শুনা থ্বাং লেংবা য়াখিদ্রে—ননাই ঐগী দোষ কোকপিয়ু। হায়দুনা ওঝাগী চরন্দা তুরে। অদুদা ঙাংবম ওঝানা হায়রকই হিং কম্নিনো করিসু দোষ লৈতে। দোষ লৈরবসু ঙসিদগী থৌনা ফবা ওইরো। হায়দুনা ওইথংবা খুৎনা ক্রেক নানরদা ওঝাগী নঙ্গল অদু হাম্বগী মতৌগুম্না ফরে। অদুদা ঙাংবম

ওঝানা হায়েরকই। নংনা তৌবা পূংলোনদু মুংখুবদি ফরে মুংখিদবা থোক্লবদি—মাদু হৈবা নিপা অদু মপুকনিং পোৎ-থাবা ফংদ্রসনু। ঐগী হান্নগী পূংলোন অদুনা চৎনবিরগা গুরুকৃষ্ণবৈষ্ণবকী মতম কুইনা সেবা ফংদুনা সংকীর্ত্তণ ময়াইদা শোয়দনা লেপ্পা ঙম্বা ওইসনু।

মতুং অসিদি পূংলোন পঙনা শেমশাগন্নুকো ইবুংঙো ঐ চৎলগে।

অসুম হায়দুনা ওঝা লেঙখ্রে। অদুনা পূংলোন অসিগী হায়রবদি য়ৈবা য়াদে—শাপ কোকত্রিবা পূংলোননি।

ইতি—শ্রীমৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীতে চতুর্থ প্রকাশে গুপ্ত কথাদি সমাপ্তং।

## পঞ্চম প্রকাশ

# মাত্রা তালগী বিচার

তাল হায়বসি শ্রীগুরুদেবগী মশকনি। মাদুদি:— হকচাংগী মিহুন্দগী ঘড়ীগী পেণ্ডুলাম লৌথোকখি।

পেণ্ডুলামদগী মাত্রা লৌথোকখি। মাত্রা মন্নামনা পুমশিল্লগা তাল শাই।

মরম অদুনা তালবু শ্রীগুরুদেবগী মশক্কি হায়বনি। অসুম ওইবা শ্রীগুরুদেবনা সঙ্কীর্ত্তণগীসু মপু ওইবিরি।

অঙ্গুম ওইবা শ্রীগুরুদেব অসিনা য়াওদ্রেবদা সংকীর্ত্তণ ওইবা য়াদে। তাল হায়বা অসিনা বিশ্বসংসার অসিদা লৈত্রেবদি সংসার অসি অকওবা উগা মান্নে। মরম অদুনা সংকীর্ত্তণগী তাল খরদং সঙ্গীতকী মতুং ইন্না ইজরি।

## একতাল

একতাল হায়বসি মখল অহুম শুই।

মাত্তদি ঃ—

মাত্রগা কোন্নবা ১ অমা।

মাত্রা অনিনা শাবা ১ অমা।

মাত্রা মারিনা শাবা ১ অমা।

মাত্রগা কোন্নবা (লোইনবা) হায়বা তাল অসিনা চওবা তানকমাল—রাগমচা, অমম্বুং সঞ্চার অচোইবা, মেনকুপ অসিনচিংবসি মাত্রগা লোইনবা তালনি। মাত্রা অনিনা শাবা তালদি খুবাকঈশৈগী মেন, চালী অথেৎপী অসিনচিংবা অসি মাত্রা অনিনা শাবা তালনি। মাত্রা মরিনা শাবা তালদি অনচপ অকুপ্পা, চুইতাল অসিনচিংবসি মাত্রা মরিনা শাবা তালনি।

# দুইতাল

দুইতাল হায়বা অসি মাত্রা মরিনা শাবা তালনি।

অঘাত অনি শুন্য অমা।

### তালশক্

```
+   ১   ০
|   |   |   |  ঃঃ ||
```

# তিন্দাল

তিন্দাল হায়বসি মখল য়ামই। মথক্কা মাখিবা অহুম-তুমা, তিন্দাল মেন অমা। তিন্দাল মেন হায়বা অসিদি মাত্রা ৮ নি। মাইদোকপা য শুদ অঘাত তরুকনি অমসুং অহুমক থাবা তাল খোংথোংপনু তিন্দাল ওাক কৌবা নত্তে; ঈশৈ ছন্দগী মতুং ইন্দুনা মনিং তোপথোক-খিবতনি।

### তিন্দাল অচৌবা

```
+       ১       ২       ০
|   |   |   |   |   |   |   |  ঃঃ
```

মিশানশু অসিমওাই।

## তিন্দাল মচা

তিন্দাল মচাদি মাত্রা তরেৎনি
অঘাত অহুম শুন্য অমা।

+ ১ ২ ০
| | | | | | | :: ।

## তিন্দাল মেন

তিন্দাল মেন হায়বা অসি মাত্রা নিপালনি। অঘাত তরুকনি শুন্য য়াওদে।

+ ১ ২ ১ ২ ৩
| | | | | | | | :: ||

## চারিতাল

চারিতাল হায়বসি মথল অনি শুই। মাতুদি ঃ—অচৌবা অমসুং মচা। মাবু অচৌবনি, মচানি হায়বা চৌশে ছন্দগী মতুং ইনবনি। মাতুদি ঃ—তিন্দাল মচাগী শুন্যদা তাল থারগা চারিতাল মচা হায়বতনি। অতুগা

ঈশৈ ছন্দ অতুনা মনিংতৌনা যাম্না চিঙলেম্না শক্লবদি চারি-তাল অচৌবনি হায়না খঙগনি। মাত্রাদি অচৌবস্থ মচাস্থ তরেৎনি। তাল্লৌদি যুগলগী শুন্যদা লৌরগা অচৌবনি। যুগলদা মচানি।

মাত্রা।

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | | + | |
| + | • | ১ | • | ২ | ২ | • | |
| \| | \| | \| | \| | \| | \| | \| | :: |

## পঞ্চম তাল

পঞ্চম তাল নবমাত্রা আর চারিফাঁক।
পঞ্চম তাল বলে এই করিতে বিবেক।

অস্যার্থ ঃ—

তাল মঙা মাত্রা মাপল্ শুন্য মরি।
মাসিন্ পঞ্চম তাল হায়না কৌই।

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | • | ১ | ০ | ১ | ০ | ২ | ২ | • | |
| \| | \| | \| | \| | \| | \| | \| | \| | \| | :: |

## পঞ্চম সওয়ারী

পঞ্চদশমাত্রা পাঁচতাল তিনফাঁক।
পঞ্চমসোয়ারি বলে করহ বিবেক।

অস্যার্থ :—

মাত্রা তরামণ্ডা তালমণ্ডা শুন্য অছুম।
মাসিবু পঞ্চমসব্বারী হায়না কৌই।



## বীরপঞ্চতাল

ষোড়শ যে মাত্রা ছুটিফাঁক ছয়তাল।
বিচার করিতে এই বীর পঞ্চতাল।

অস্যার্থ :—

মাত্রা তরাতরুক শুন্য অনি তাল তরুক।
মাসিবু বীরপঞ্চতাল কৌই।

মাত্রাদি :—

( তাক্লমদরে )

## ব্রহ্মতাল

দশতাল চারিফাঁক অষ্টাবিংশমাত্র।
ইহার নামার্থ এই ব্রহ্মতাল মাত্র।

অন্যার্থ ঃ—

তাল তরা, শুন্যমরি মাত্রা কুন্‌নিপাল।
মাসিবু ব্রহ্মতাল হায়না কৌই।

মাত্রাদি ঃ—

```
+     •     ১     ১     •     ১ —
|  |  |  |  |  |  |  |  |  |  | —

   ১     ১     •     ১     ১     ১
|  |  |  |  |  |  |  |  |  |  |  |  | —

১     •
|  |  |  |  ঃঃ  ‖  •  ‖
```

## রুদ্রতাল

রুদ্রতাল অসি মখল অনি শুই। মাত্রাদি ঃ—মথাদা ইয়িবা অমসুং শ্রীস্না ওবা চন্দ্রহাসনা পুথোকরকপদি মথাদা ইজান্নিবাসিনি।

**তালশক**

অষ্টাবিংশ মাত্রা আর একাদশতাল।
তিনফাঁক হয় এই ইহা রুদ্রতাল।

অস্যার্থ ঃ—

মাত্রা কুননিপাল, তাল তরামাথোই—।
শুন্য অহুম মাসিবু রুদ্রতাল কৌই।

+ ০ ১ ১ ০ ১ ১ ১
। । । । । । । । । । । । । । । ।

১ ১ ১ ১ ১ ০
। । । । । । । । । । । । ঃঃ

## রুদ্রতাল অমনা

পঞ্চম যে ফাঁক আর একাদশ তাল।
দ্বাত্রিংশ মাত্রা যে হয় ইহা রুদ্রতাল।

অস্যার্থ ঃ—

শুন্যমঙা, তাল তরামাথোই।
মাত্রা কুম্থানিথোই মাসিবু রুদ্রতাল কৌই।

**তালশক্**

+ ০ ১ ১ ০ ১ ১ ১ ০
। । । । । । । । । । । । । । । । ।

১ ০ ১ ১ ১ ১ ০
। । । । । । । । । । । । । । । — ঃঃ ।

# ব্রহ্মযোগ

চতুর্ত্রিংশ মাত্রা আর দ্বাদশ যে তাল
পঞ্চফাঁক হয় এই ব্রহ্মযোগ তাল।

অস্যার্থ :—

মাত্রা কুম্ভামরি, তাল তরানিথোই।
শুন্য মণ্ডা; মাসিবু ব্রহ্মযোগ কোই।

## তালশক



# লক্ষ্মী তাল

পঞ্চত্রিংশ মাত্রা আর ষোড়শ যে তাল।
তিনফাঁক হয় এই লচ্মীর তাল।

অস্যার্থ :—

মাত্রা কুম্ভামণ্ডা, তাল তরাতরুক।
শুন্য অহুম; মাসিবু লক্ষ্মীতাল কোই।

তালশক



# কোকিল প্রিয়তাল

ছয়তাল বারশুন্য ছত্রিশ যে মাত্রা।
ইহার অর্থে কোকিল প্রিয়তাল মাত্র।

অস্যার্থ ঃ—

তাল তরুক শুন্য ১২ মাত্রা কুম্ভতরুক।
মাসিবু কোকিল প্রিয়তাল কোই।

তালশক



## ষোল-তাল

চতুর্পঞ্চাশমাত্রা যেই ষোড়শ তাল।
দশশুন্য হয় এই বলে ষোলতাল।

অস্যার্থ ঃ—

মাত্রা য়াংথৈমরি তাল তরাতরুক্।
শুন্যতরা মাসিবু ষোল তাল কৌই।

তালশক্

\+ ০ ১ ০ ১ ১ ০ ১ ১ ১ ০ ১ ০
i । i । i । i । i । i । i ।

———————————————————————————

১ ০ ১ ০ ১ ১ ০ ১ ০ ১ ০ ১ ১ ০
i । i । i । i । i । i । i । i । i । i । i । i । i । i । ::

## রূপক তাল

একশুন্য ছয়মাত্রা যুগল যে তাল।
বিচার করাইতে এই রূপক তাল।

অস্যার্থ ঃ—

শুন্য অমা—মাত্রা তরুক–তাল অনি।
মাসিবু রূপক তাল হায়না কৌই।

তালশব্দ

+ ১ ০
| | | | | | :: ||

# যতি তাল

চতুর্দশমাত্রা আর চতুর্থ যে তাল।
তিনফাঁক হয় এই বলে যতিতাল।

অস্যার্থঃ—

মাত্রা তরামরি তালমার—শুন্য অষ্টম।
মাসিবু জয়দিক শায়না কোই।

তালশব্দ

+ তালৌ

+ ১ ০ ১ ০ ১ ০
| | | | | | | | | | | | | | :: ||

# দশকোশি

সপ্তমাত্রা পঞ্চ তাল আর নাহি ফাঁক।
দশকোশী বলে এই করিতে বিবেক।

অস্যার্থ :—

মাত্রোতরেৎ—তাল মণ্ডা শুন্যদি নৈতে।
মাসিবু দশকোশি ছায়না কৌই।

তালশক্

```
+     ১     ১   `   ১
| | | | | | | :: ||
```

## চৌতাল

দুই শুন্য চারিতাল দ্বাদশ যে মাত্রা।
বিচার করিতে এই বলে তাল চৌতাল।

অস্যার্থ :—

শুন্য অনি—তালমরি—মাত্রা তরানিথোই।
মাসিবু চৌতাল হায়না কৌই।

তালশক্

```
+   •   ১   •   ১   ১
| | | | | | | | | | | | :: ||
```

## জলধিমান

তিনঝাঁক ষোল মাত্রা তৃতীয় যে তাল।
বিচার করিতে এই বলে জলধিমান্।

অস্যার্থ :—

শুন্য অষ্টম—মাত্রা ১৬—তাল অষ্টম।
মাসিবু জলধিমান হায়না কোই।

তানশক্

+ ০ ১ ০ ১ ০
| | | | | | | | | | | | | | | | :: ||

## বীর বিক্রম

মাত্রা চতুর্ব্বিংশ—ছয়ঝাঁক—ছয়তাল।
বিচার করিতে এই বীরবিক্রম তাল।

অস্যার্থ :—

মাত্রা কুনমরি শুন্য তরুক তাল তরুক।
মাসিবু্ বীরবিক্রম হায়না কোই।

তানশক

+ ০ ১ ১ ১ ০ ১ ১ ০ ০ ০ ০
| | | | | | | | | | | | | | | | | | | | | | | | ::

মৈতৈপী

## রূপক কাটা

ছয়ত্রিশ মাত্রা আর একাদশ তাল।
ছয়ফাঁক হইলে রূপক কাটা তাল।

অস্যার্থ :—

মাত্রা ৩৬—তাল তরামাথোই।
শুন্য তরুক মাসিবু রূপক কাটা কৌই।

তানশক



মৈতৈপী

## যতিকাটা

সাতশুন্য চৌত্রিশ মাত্রায় দশতাল।
বিবেক করিয়া লও যতিকাটা তাল।

অস্যার্থ :—

শুন্য তরেৎ—মাত্রা কুন্থামরি—তালতরা।
মাসিবু জয়দিক কাটা কৌই।

তানপক



## কাটাগী লক্ষণ

কাটা হায়বসি মথল অহুমনি। মাচুশি ঃ— পুং-লোন্দা ওইবা কাটা অমা; ঈশৈ ছন্দদা ওইবা কাটা অমা; তালথাদা ওইবা কাটা অমা মাসিনি।

হায়রিবা অসিগী মতুং ইন্দুনা কাটা হায়নরুবতনি। অমম্বুং ঈশৈ শকপা নিপাচুনা শক্লিবা ঈশৈ অচুবু কাটানি কাটা নৎতে হায়বা থঙগদবা মরমশি ঃ—;পুংলোনচুগী মমৈদা কাটা (চৈথৈ) দা লোইরম্লবা; তানচুগী মরুংদগী তাল অমা হেক য়াওন্দবা; ঈশৈ ছন্দ অচুনা তাল অপুং অমা অমা থারিবৈদা ঈশৈ ছন্দ অচুনা তাল অমগী ছন্দ হাইরপ মাম্না শকপা ইচুশি ত্তিনবা; অচু তাল অচুগী মতুংইন্দুনা কাটা হায়গনি।

# চারিতাল কাটা

চারিতাল মচাগী তান্দি ওইরগা ঈশৈ ছন্দদি নত্তবা; চারিতাল অচৌবরা হায়বস্থ নত্তবা; যতিগী ছন্দদি হায়রপ নকপা মতুবু চারিতাল কাটা কৌই। মসিগী অরেপ্পা ঈশৈ ছন্দদি :—

( শ্রীগুরু করুণা নিধে )

## তালগী কাটা

তালগী কাটাস্থ অসিমণ্ডাই। চারিতাল মচাস্থ নত্তবা; অচোবস্থ নত্তবা; যতিগী তালদা হায়রপ নকপা অতুবু চারিতাল কাটা হায়না কৌই। অমস্তুং তাল মপুং অমগী মনুংদগী তাল অমা য়াওহন্দবা অতুবুস্থ চারিতাল কাটা কৌই।

## পূংলোনগী কাটা

য়ৈরিবা পূংলোন অতুগী মমৈদা পূংগী চৈথৈ তারবদি কাটানি হায়না খঙগনি। চৈথৈ নংত্রবদি মথাদা পূংলোন ঈশৈ তাগনি হায়না খঙগনি।

# ঘোর তিন্নবা তাল

তিন্দাল মচাগা, চারিতালগা, যতিগা, দশকুশীগা, ছোট-চৌতালগা, মঙা অসি ঘোর তিন্নে। হায়রিবা তাল অসি অমমম্ য়ৈরগা থাদোক্লগা তাল অমা শমথগনি। ঘোর তিন্নবা তালদি মসিদস্থ নত্তে ওঝাশিংনা বিচার তৌবিরগা য়াম্না লৈরমখিগনি।

# পূংগী চৈথৈ

খুদোম্বি—খুনিংথৌ—চাপড় অহুমসি পূংগী-চৈথৈনি পূংগী মরোন্দি ঃ— তং ত ত্ব মাসিনি।

মরুগীনা——খিং না চৈথৈনি। হায়রিবা মরোল অসিনা করিগুম্বা অথায়বদা ওয়রবস্থ অথাবদা ওইরবস্থ মমৈদা হাইরবদি তালতুগী পংথৈ লোয়্নে হায়না থঙগনি।

ইতি শ্রীমৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীতে পঞ্চম প্রকাশে তাল বিবরণ সমাপ্তং।

## ষষ্ঠ প্রকাশ

# চোলোমগী বিচার

চোলোম হায়বসি থোংখোঙদগী হাংখৎপস্থ য়াদে; নেমগবস্থ য়াদে। থোংখোঙনা তারিবা মফম অদুদা তৌনিংবা

মথৈ য়াই। থোংখোঙ ফিবমদি অহুমদনি।

মাতুদি ঃ—

(১) অনেম্বা থোংখোঙ।

(২) ময়াই ওইনা নেম্বা।

(৩) অৱাংবা থোংখোঙ।

অসিদগী হেনবা থোংখোঙ লৈতে।

## থোংখোঙ অনেম্বা

পূং মনাওগী মল্লারনা খুকউ য়েংকী মথাদা (খুকউদগী খুবাক অমা কুমথবা মফমদা) থমগনি। পূং মরূনা—ওইগী খুকউদগী খুবাক অমা কাখংপা মফমদা পূং থমগনি। মাসিনা থোংখোঙ অনেম্বা কৌই।

## থোংখোঙ ময়াই

য়েংকী খুউগী মথক্ত খুবাক ১ কাখংলগা পূং মনাও থমগনি। মরূনা ওইগী ফৈগল ময়াইদা থমগনি।

## থোংখোঙ অৱাংবা

চনিংদা পূং মবুক থমগনি। মরূনা ফৈগল মরুদা থমগনি। মাসিদগী হেনবা থোংখোঙ লৈতে। থোংখোঙ অহুমসিগী খোঙফমদি খোঙবী অনিনা থেংনরগা খুনিং

অনিনা হাইদোক্লগা খুমাং অনিমক অমুক হাইদোক্কনি। হাইদোক্লিবা মফম অতুদা মথক্তা হায়খিবা থোংখোঙ অহুম্মক মফমতুদা শাগনি।

মাসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তা শ্রীওঝা তখেল তোলেল্না পুথোকপনি।

## ঈশৈ-পূংলোনগী ছন্দ

ঈশৈ শকপা নিপাতুনা শক্লিবা ঈশৈ অতুনা মথাগী ছন্দ অসি ওইরবদি পূংলোনসু ছন্দ অসিগী মতা য়েংনা অলঙ্কার হাপ্তুনা য়ৈগনি।

| | |
|---|---|
| ১। মৃগী ছন্দ | ৬। মৃদুবায়ু ছন্দ। |
| ২। ইন্দ্রবজ্র ছন্দ | ৭। ঝড়বায়ু ছন্দ। |
| ৩। ব্যাঘ্র ছন্দ | ৮। ভ্রমর ছন্দ। |
| ৪। কন্যা ছন্দ | ৯। বৃষ্টি ছন্দ। |
| ৫। মেঘ ছন্দ | ১০। ঝড়বৃষ্টি ছন্দ। |

ছন্দদিমসিনি। ছন্দ অলঙ্কার মহাপ্তি মথাদা ইঙ্করি।

মৃগীছন্দ—(শজিনা খোংবগী) ছন্দ অসিন ঈশৈহুদা ওইরবদি পূংগী ছন্দনা অকপ্পগী ছন্দনা য়ৈগনি।

ইন্দ্রবজ্র—(নোংখোংবগী) ছন্দনা ওইরগা পূংগী ছন্দনা মুংশাথিবা ছন্দনা য়ৈগনি।

ব্যাঘ্রছন্দনা—(কৈনা খোংবগী) ছন্দনা ওইরগা অথাক্ অরাওবগী মিপাই থবাইবগী ছন্দদা য়ৈগনি।

কন্যাছন্দ—(মথোৎ কারকপী মুপী) গী ছন্দনা ওইরগা পূংগী ছন্দনা অনৌবা অকেবা ৱাহৈনা য়ৈগনি।

মেঘছন্দনা—(লৈনুংদা খোংবা নোংগী) ছন্দনা ওইরগা নোংথাংকুপ্পগী ছন্দনা (চোলোম্নচিংবা) য়ৈগনি।

মৃদুবায়ু ছন্দ—রি-রি শিৎপা মুংশিৎ) কী ছন্দনা ওইরগা অরেম্বা; শামুগী খোঙথাং মানবা ছন্দনা য়ৈগনি।

ঝড়বায়ু ছন্দ—(অকনবা মুংশিৎ) কী ছন্দনা ওইরগা নোংলৈনা উরুরু লৈশিনবা মানবা (কয়ক ২ লাওবা) পূংলোম্না য়ৈগনি।

ভ্রমর ছন্দনা— খোইমুনা ঙংবগী) ছন্দনা ওইরগা অচিকপা, অইংবা ছন্দনা য়ৈগনি।

বৃষ্টিছন্দনা— (থিংলি থিংলি তাবা নোংগী) ছন্দনা ওইরগা— মপী লৈতবা শন্নাওনা খোংবগী ছন্দনা য়ৈগনি।

ঝড়বৃষ্টি ছন্দ— (অকনবা ফুইনা তাবা নোংগী) ছন্দ ওইরগা নোং খোংবগুম য়ৈগনি।
(নোং কন্না খাকপগী)।

## ছন্দগা ঈশৈগা পুংলোনগা কোন্নবা

মথক্তা হাযখিবা ছন্দ অসিনা ঈশৈ অদুদা ওইরবদি মথাদা ইরিবা পুংলোনসিগী কাইদা মান্না অলঙ্কার (ছন্দালঙ্কার) হাপ্তুনা য়ৈগনি। অমস্তুং মথক্কী ছন্দ অসিগী ঈশৈদি পুংলোনগা কোন্ননা মথাদা ইজরি।

ঈশৈ ছন্দ পুংলোন ছন্দ হায়রিবা অসিমক্তৃবু ঈশৈছন্দ অহাংবা অনেম্বদুবু শা-ঙা অদুনা খোংবা নখোল মাল্লি হায়দুনা মমিং থোনবা নংতে।

তালগী ইনিলগা ; পূংগী ইনিলগা ; ঈশৈহুগী ইনিলগা অহুমসিনা পুল্লগা শব্দ অমা থোকই মাতুবু ওঝাশিংনা মমিং থোল্লুবনি।

১। হে দে সখী একাকিনী কুঞ্জে বসি।

পূং। তেগ্রঘ্রধিঙ্কেং ধিন্‌ত্রথতেন্ন— ।

২। কনক-তোর চোর কুচ কোরক।

পূং। ত্রথত্ব থেন্ তাত্ব থেন্তাং ধেন্তাং।

৩। প্রবিস রাধে মধব সমীপ— ।

পূং। ঈশৈসিগী পূংলোন অদু।

৪। যদপি নাগত শ্যাম কুঞ্জে।

পূং। ঈশৈগী পূংলোনদু।

৫। আজ নিশি কৈছে হামু বঞ্চিমু— ।
চিত্ত চৌর গৌরমোর।

পূং। ধেন্তাঁত্ব তেন্তাত্ব তাং।

৬। কেনে এতই বিলম্ব শ্যাম—।

পূং। গ্রগ্র ধন্ ধন্ ত্বঘিন্ ত্বঘিন্—।

৭। গৌর নিত্যাই পদে আমি।

নৃত্যন্তে বিপিনে বনমালী।

।।।

পূং। খ্রুখ্রুত্ব খ্রুখ্রুত্ব ৩ তাং।

৮। হরি মাধব বানাই—।

পূং। ঈশৈতুগী পূংলোন।

৯। নাচত গৌর কিশর বর—।

হে রাম রাম গোপাল—।

পূং। মথক্কী ঈশৈসিগী কোন্নবা।

১০। নব যৌবণী ধনী জগজ্জিনি।

যদি নহি গমিতা—

পূং। মথক্কী ঈশৈসিগী পূংলোন।

হায়রিবা ছন্দ অসিদসু নত্তে। ওঝাশিংনা বিচার তৌবিরগা য়াম্না লৈরমখিগনি। অমসুং হায়রিবা ছন্দ অসি

কনাগুম্বা ওঝা অমনা মনোহর সাইগী ছন্দ মমিংনি হায়বিরবস্থ মনোহর সাইগী ছন্দ কাইদা অদু নৎত্রে অমসুং মাম্নদে। শ্রীযুম্নামগী ওঝা পুরেন্না তাকপিরম্বদি থাঙ্গৈশেংবা মৈতৈ লোন্ন তাকপিরমই।

অদুদা ননাই তোল্লবা ঐনা অখণ্ডবনা খণ্ডবিসন্নু; খণ্ডবনা খণ্ডদসন্নু; হায়না নিংজদুনা বাঙ্গালা ভাষানা মমিং থোঞ্জরুবতনি।

হায়রিবা ছন্দ অসিদি মুর্খ ওইরবা ঐগী শিংনবা হায়বগী মরমগীদমক শ্রীযুম্নাম ওঝা পুরেন্না মৈতৈ লোন্না অনুমান প্রমাণ পিদুনা তার্কপিরম্বনি—অতোপ্পা লাইরিক অমদগী ছন্দ নৎতে।

## তর্ক সংশোধন

মথক্তা হায়খিবা মরোল্ পূম্নমক থাইনদগী হৌনা শাস্ত্র অমগী লিচৎ চৎলক্তে। শ্রীগোবিন্দনা তাকপা মরোল ওইবা মরম্না হৌজিক ফাওবা শাস্ত্রগী অনুমান প্রমাণ অমা য়াওদ্রি। অমসুং লাইরিক অসিগী মনুংদগী বাদি হায়বমক্তবু— ছন্দ অমা, তাল অমা; অসিদনি। মাসিদি কেলুয়াগী মত নৎতে।

মরমদি ঃ— মনোহর সাইগী অমসুং কলুরাতিগীদি সঙ্গীতকী মত ঙাক্তনি।

মণিপুরগী অনৌবা পালা হায়বা অসিদি সঙ্গীত লৈতে। শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী পোক্লকপা ঙাক্তনি। মরম অদুনা সঙ্গীতকী মতকা কৃপাগী মতকা মান্নদে। অমসুং তাল অসিসু ছন্দ অসিসু অনিমক মৈতৈগী (কৃপাগী) মত ঙাক্তনি। অমসুং মনোহর সাইগী তাল মমিং মৈতৈগীদ কোরিবা তানথা চুম্বা মান্নরিবা অসিদি—শ্রীসুনা ওঝানচিংবা ওঝাশিংনা তৌরম্বননি।

কনাগুম্বা ওঝানা তৌরম্বা তালগা সঙ্গীতগী অলগা মান্নদবা য়াম্না য়াওই।

মাতুদি মান্নদ্রগা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ওইবা মরম্না ওঝাশিংনা চুমথোক্লদে—(গোধন তৌরমদে)।

মরম অসিনা লাল্লবসু চুল্লবসু শ্রীগোবিন্দগী পালা সম্প্রদায়না লৈরিবমখৈ পূংলোন অমসুং ঈশৈনচিংবা কাউ-থিনি হায়না থঞ্জতুনা ইজরিবা লাইরিকনি।

ইতি শ্রীমৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীতে ষষ্ঠপ্রকাশে ছন্দাদি বিবরণ সমাপ্তং।

# পরিশিষ্ট

## সপ্তম প্রকাশ

## শ্রীশ্রীশিক্ষাগুরু-প্রণালিকা

শ্রীল পঞ্চযুক্ত শিক্ষাগুরু-শ্রীগোবিন্দ চরণারবিন্দেভ্যঃ নমঃ। তদনুগত শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ। তদনুগত শ্রীচৌরজিৎ মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ। তদনুগত শ্রীমারজীৎ মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ। তদনুগত শ্রীগম্ভীরসিংহ মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ। তদনুগত শ্রীনরসিংহ মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ। তদনুগত শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ চরণ কমলেভ্যঃ নমঃ।

### তদনুগত—

১। শ্রীওঝা প্রেমানন্দ।
২। " " লাংলেন্হনবা।
৩। " " কিত্নারূপা।
৪। " " কিত্নারাধা।
৫। " " তেনশুবা।
৬। " " ঠাকুর সামাহিদং।
৭। " " শোগাজম্বা ভীম।

৮। শ্রীওঝা চবুংবা তোলেন।
৯। " " হুইরোংবা রামানন্দ।
১০। " " ঙাংবা ইরাবন্ত।
১১। " " আখা রসান্দ।
১২। " " লাইরিকয়েংবম হেরামনি।
১৩। " " লোএয়ু।
১৪। " " নাপেৎ খেলেম্বা।
১৫। " " য়েংখোইবা রুদ্রসিং।
১৬। " " সিনাইবা ইন্তা।
১৭। " " লৌক্রোকপা ময়ুংঙম্বা।
১৮। " " য়ুমনাবা যদুনাথ।
১৯। " " আখা গোপাল।
২০। " " লৈমপোকপা পুরেন।
২১। " " ঠাকুর লৈহাও থাবা।
২২। " " সিঙ্গাবা দেওয়ান্।
২৩। " " সাপ্পা গৌরাঙ্গ।
২৪। " " হুইদ্রোম্বা কুলধ্বজ।
২৫। " " ম্না লৈশংখোম্বা।
২৬। " " খুম্বোং পঙ্গোই।
২৭। " " ঠাকুর পুজারিহল।

২৮। শ্রীওঝা য়ুমখাইবা থাংজপুরেন।
২৯। „ „ থোকচোম যাদব হঞ্জবা।
৩০। „ „ স্না তিংগোং।
৩১। „ „ লাইশ্রবা লমদম্বা।
৩২। „ „ মৃতুবা কৈরুংবা।
৩৩। „ „ নোংমাইথেম সঙ্গাই।
৩৪। „ „ কৈশা অঙাংজাও।
৩৫। „ „ য়ুমনাবা শামুঙম্বা।
৩৬। „ „ স্না য়াইস্কুল লাকপা।
৩৭। „ „ স্না চন্দ্রহাস।
৩৮। „ „ হুইরেম লোকনাথ।
৩৯। „ „ ঠাকুর সতীন।
৪০। „ „ লৈমপোকপা থাবল।
৪১। „ „ ঠাকুর থৌরাণী শাবী।
৪২। „ „ লৌরেম্বা হিদং।
৪৩। „ „ ওইনা হিদং।
৪৪। „ „ নোংমাইথেম্বা অবুংহল।
৪৫। „ „ স্নাতোন হঞ্জবা।
৪৬। „ „ স্নাহল হঞ্জবা।
৪৭। „ „ অঙোম হঞ্জবা।

৪৮ শ্রীওঝা লাইশ্রম তোম্বাও
৪৯। ,, ,, ঠাকুর কাহ্নাই।
৫০। ,, ,, হাওবম গোপাল।
৫১। ,, ,, য়ুমনাম চাওবহল।
৫২। ,, ,, হাওবম শামু।
৫৩। ,, ,, থোকচোম অঙাংহল।
৫৪। ,, ,, ৱাতেংবা মাইচাম্বা।
৫৫। ,, ,, মোইরাংথেম্বা শিদং।
৫৬। ,, ,, ক্ষেত্রি চাওবহল।

শ্রীওঝাশিংগী চরন্দা ননাই মুর্খ ওইরবা ঐনা অতৎপা লৈতনা খুরুমজরি। অমস্তং ঐগী ওঝ ইবুংঙো দিব্যজ্ঞান পিনবিরিবা শ্রীথোকচোম ওঝাগী চরন্দা অতৎপা লৈতনা খুরুমজরি। পদধূলীনা ঐগী হকচাংগী লৈতেং ওইজরি। চরণামৃতনা ঐগী পুকৃকী ৺ল্ ওইজরি। বাক্যামৃতনা ঐগী মিৎকী মশক ওইরবা ঐগী ওঝ ইবুংঙোবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

# রাসগী রাগ অচৌবা

রাগ অচৌবগী অনৱা মরিশুবগী মথাদা (গ্রগ্র ঘিন্ তাথেন্ ধিন্তা-তেস্তা-ত্ব খিৎত-ত্তাং) ছায়বা অদুদি রাসগী

অহৌবদা হাপ্‌কনি। মাহু চাপত্রবদি রাগ অমুক হন্না হৌবা অমা; রাস অহু হেক তোকপা অমা; তৌগদবা ওই। মরমদি ঃ— রাস অহু শান্নবা য়াদ্রে শান্নরিবা ইমুং অহু মুংকদবা ওই। মাহুগী মরমদি ঃ—ছযঋতুনা গোবিন্দগী থোগল তৌহৌদবা মরম্না গোবিন্দগী হৃদিপদ্মদা ঐখোয়না হর'ওবা পোকত্রে। ঐখোয়না নমহুনা শান্নবা রাসদা ত'রে। হায়রিবা পৃংলোন অসিগী মমিংবু ঋতু সঞ্চার হায়না কৌই। অমস্তুং থাঃ ১২ মক ঋতু ৬ মক হৌবা য়াই।

মসি শ্রীওঝা ক্ষেত্রি চাওভলগী য়াথংনি।

## ঋতু সঞ্চার

পৃংলোন্দি লীলা অহৌবনি। মসিনা সঞ্চার ওইনা থাগী ঋতুগী মতুং ইন্না য়েগে হায়রবদি পঞ্চম সঞ্চার মঙাহুগী মমৈদা মথক্তা হাযখিবা পৃংলোন অসি হায়রবদি ঋতু সঞ্চার হায়না কৌই। অমস্তুং কনাগুম্বা ওঝানা থাগা কোমনা য়েগানি হায়বস্তু— শ্রীয়ুমনাম ওঝা পুরেন্না তাকপিরম্বনদি— ঋতু তরুক্কা মতুং ইন্না (গ্রীষ্ম, বর্ষা, শরৎ, হেমন্ত, শীত, বসন্ত) অসিগী মতুং ইন্না পরেং কায়দনা য়েম্নু হায়না তাকপিরম্মই।

ইতি— শ্রীমৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীতে সপ্তম প্রকাশে প্রণালিকাদি বিবরণ সমাপ্তং।

# অষ্টম প্রকাশ

# ধোপ পালা

## চৈতন্য সম্প্রদায়

চৈতন্য সম্প্রদায় হায়বা অসি শ্রীযুক্ত চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাক্তক্তা শ্রীযুৎনা— কাছাড় (বঙ্গদেশ) গী মন্নুংদগী ওস্তাৎ ওঝা কিশোরদাসবু মাঙ্গাইদুনা চৈতন্য সম্প্রদায় হায়বা পালাসি হৌদোকখি। অমস্নুং শ্রীওঝা কিশোরদাসনা তম্বিরম্বদা রাগ রাগিনীনচিংবা ঈশৈ পরেং অমতা তম্বিরম্লগা অতৈ ময়ামদি তম্বিরমদ্রে। মতৌ অস্নুম তৌদুনা শ্রীওঝা কিশোরদাসনা মণিপুরদা লৈবা থা অমরোম লৈরম্লগা তম্না দেশদা হনুখ্রে। অদুগী মতুংদা মণিপুরগী ওঝাশিংনা ধোপকী-ছন্দ মানবা খন্দুনা মৈতৈগী রাগিনী ছন্দদা শরুখ্রে। হান্না শ্রীকিশোরদাসনা তৌরম্বা রাগছন্দদি মনোহর সাইগী রাগিনীনি ঈশৈসু মনোহর সাইগী ছন্দনি। অদুদা শ্রীস্না ওঝানা (চন্দ্রহাস) রাগ হৌরবদি পূংগী সঞ্চার য়ৈদবা তৌহৈদে তায়দুনা সঞ্চার অমতং শেমদুনা শ্রীযুততা কৎখি। মতৌ অস্নুম তৌদুনা গোবিন্দগী মণ্ডদা থৌগল অমুক্তং তৌখি। অদুগী মতুংদা অমুক কীর্ত্তন্দা থৌগল তৌবদদি রাগ অমস্নুং সঞ্চার য়াওখিদ্রে। মরমদি সম্প্রদায় অমগী মন্নুংদা চণ্ডদুনা শকুউবা মরম্না রাগ-সঞ্চার য়াওদবতনি।

তোঙান্ন (নমিত্তক) শক্কনি হায়রবদি রাগসঞ্চার য়াওগনি হায়না শ্রীন্না ওঝা চন্দ্রহাননা হায়রমই।

রাগ-সঞ্চার য়ৈফমদি— খোপ অহৌবদু লোইরগা ঈশৈ রাগ হৌগনি। অছুগী মতুংদা সঞ্চার য়ৈগনি।

॥ • ॥ ০ ॥ ০ ॥

## ধুমেন্ মরিগী মরম

ধুমেন মরিমক রাগ অচৌবনা হৌদুনা য়ৈগনি।

মথক্তা রাগ অচৌবা হৌখ্রবসু ধুমেনগীদমক তোঙান্না পালা অনৌবা অমা হোংগনি। রাগ অচৌবা অমুক হৌগনি। অমসুং পালা অমা হোংলবসু হোংদ্রবসু ধুমেনগী পংথৈ য়ৌরকপদা ফুলচন্দন তৌগনি।

মাসিনা মরম অমনি।

### মরম অমনা

রাগ অচৌবদি হৌদনা অহৌবা অমা হৌদুনা সঙ্কীর্ত্তন অদু শক্কদবা মথৈ শক্লগা নিত্যাইবোং তাদুনা (জয়ভাই)

হায়গদবা মফম অদুদা (জয়ভাই) হায়দনা রাগ অচৌবগী মকোক ওইহনবা য়াই। মথাগী অদুমথৈ ধুমেন মরিমক হৌবা য়ারে।

॥ ০ ॥ ২ ॥ ০ ॥

## মরম অমনা

মমৈদা ধুমেন, লৈরবদি রাগ অচৌবদা জয়ভাই য়াওররোই। মাসি য়াওরবসু দোষ লৈতে। মথক্তা জয়ভাইগী মরম হায়খ্রে। হায়রিবা জয়ভাই অদুদি ধুমেনগীদমক থাক্তুনা থমগনি। মমৈদা ধুমেন লৈত্রবদি হৌনিংবা হৌবা য়াই।

॥ ০ ॥ ৩ ॥ ০ ॥

## মরম অমনা

ধুমেনগীদমক সম্প্রদায় অমা লৈরবদি ফৈ। মাদু নত্তনা হাম্না শক্লিবা সম্প্রদায় অদুনা ধুমেনগী সম্প্রদায় ওইগদবা লৈরবদি রাগ অচৌবা হৌবা য়াদে। মরম অদুনা ঈশৈ হল্লিবা নিপা অদুনা রাগিণী অমা হৌরগা পূংয়ৈবা

অতুনা কার্তিক সঙ্কার য়ৈগনি। মাসিগী বিবরণদি পৃঃ ২৫ দা লৈবনি। মসি য়ৈথ্রবদি মতুংদা বিজয়গী (জয়ভাই) লাউগদবা মফম অতুদা লাউদনা রাগ অচৌবা ওইহল্লগা মথাদা ধূমেন শমথবা য়াই।

॥ • ॥ ৪ ॥ • ॥

## ধুমেন উৎপত্তি

| ধুমেন। | নিংথৌরোন। | ওঝাশিংগী। |
|---|---|---|
| মহা ধুঃ | শ্রীভাগ্যচন্দ্র | শ্রীগোবিন্দজিউ |
| গৌর ধুঃ | শ্রীনরসিংহ | শ্রীওঝা ঠাঃ সামা |
| নিত্যাই | শ্রী | শ্রী |
| দেবী | শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি | শ্রীয়ুমনাম ওঝা |

লোইরবা

## শ্রীশ্রীগোবিন্দজী নর্ত্তনালয়না ফোঙবা লাইরিকশিং

১। মৈতৈ জগোই অহানবা শরুক— মমল লুঃ ৫·০০

২। অনিশুবা শরুক— মমল লুঃ ৫·০০

৩। শ্রীগোবিন্দ সঙ্গীত-লীলা-বিলাস ( সংস্কৃত )
( মণিপুরী অনুবাদ য়াওবা )— মমল লুঃ ৫·০০

৪। শ্রীকৃষ্ণ রস সঙ্গীত সংগ্রহ ( সংস্কৃত )
( মণিপুরী অনুবাদ য়াওবা )— মমল লুঃ ৭·০০

৫। মৃদঙ্গ ব্যবস্থা সঙ্গীত ( মৈতৈ পুংলোন লাইরিক )—
মমল লুঃ ১৫·